# ভীষ্ম পর্ব্ব



ইজবী :

শ্রীমতী থাগোয় দেবী

কাকৈথেল ভানশ্রী থোং

ফোঙজবী :

অইবী মশা





✪ অহানবা ফোঙবা ১৯৯৫

✪ কপী ১০০০

✪ হক পুন্নমক অইবীগীনি ।

✪ মমল : লুপা ১৫ (তরামণ্ডা)

---

✪ নম্কম : প্রতাপ প্রিন্টিং রাক্স, পাউনা বাজার ।

# ৱাহৈ খরা

'ভীষ্ম পর্ব্ব' কৌবা লাইরিক মচা অসি মহাভারত অমসুং অতৈ লাইরিক মচা মশু খরা পাজবদগী ফংজবা ৱারী মতেক মতেক খরনা পুন্সিল্লগা মপুং ফাবা ৱারী অমা ওইনা ইজবনি। লাইরিক অসি ফোংজবদা ইডুকেসন ডিপার্টমেন্টতগী ১৯৯০ দা শেনগী মতেং খরা ফংজচুনা মতম কুইনা ফোংজবা ঙমজদচুনা লৈরকপগী ফোংজবা ঙমজখি। মসিগীদমক ঐনা অথরিটিশিংগী পুন্সিচুপ্পা নমল তোঙানবনি অমসুং অথরিটিশিংবু হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি।

শ্রীমতি থাগোই দেবী
রিটয়ার হেড পণ্ডিত।

# ভীষ্ম পর্ব্ব

## অহানবা শরুক

## আদি পর্ব্ব

মমাংঙৈদা ইক্ষ্বাকু বংশদা প্রজাবু পেলহনবা ভম্বা, অচুম্বা ঙাংবা, মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা মহাভিষ কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্না অশ্বমেধ, রাজসুয় যজ্ঞ য়াম্না তৌরমতুনা ইন্দ্র দেবরাজবু য়াম্না পেলহল্লমই। মরম অতুদগী মহাক স্বর্গ ফংখি। নোংমা দেবতাশিংনা ব্রহ্মাদা চত্তুনা জীবগী য়াইফনবগীদমক লৈশি-লৈথোন্না হায়জরম্মী। মতম অদুদা অতোপ অতোপ্পা রাজর্ষি-শিংসু য়াওরম্মী। মহাভিষ কৌবা নিংথৌ অদুসু লাক্লুন য়াওরম্মী। গঙ্গানদীসু মুর্ত্তীনাইনা ব্রহ্মাগী নাক্তা থুংলুই। মতম অদুদা বায়ুনা লাক্লুনা গঙ্গাগী থাগী মচু মাল্লবা ফিজোল অদু হকচাংগী অথুপ্পা মফমদগী হাইদোকখি। দেবতা পুম্নমক ইকায়দুনা মরু লৌকথদুনা লৈনরম্মী। মহাভিষ কৌবা নিংথৌদি ইঙক ওক্না য়েংদুনা লৈরম্মী মাগী মশাদা ইকায়বা নিংঙাইবা করি অমতা লৈরমদে। মাতুদা ভগাবন ব্রহ্মানা মহাভিষ কৌবা নিংথৌদা শাপ তৌরমই —"নঙদি হৌজিমক মর্ত্ত্যলোক্তা মী ওইনা পোকলুরগদবনি অদুগা অমুক স্বর্গদা লাকপা য়াগনি। মফম অদুদা মর্ত্ত্যলোক্তা লৈরিবা থোইদোক্না তপস্যা কল্লবা নিংথৌ প্রতীপপু মপা ওইনা পোকলুরগে হায়না থল্লমই। গঙ্গাসু মপুক্কিংদা তপথবা লৈত্রবা মহাভিষপু খন্না খন্না ব্রহ্মলোক্তগী চংখিরম্মী। অসুম্না মহাক্না লম্বীদা লাকপদা

স্বর্গদা লৈবা দেবতা বসুশিংনা জ্ঞান তাদহুনা লৈমায়থক্ত তারকপা উখি। গঙ্গানা হংখি —"ঙসি নখোয়গী ফজরবা নশক নতো পুম্নমক মাংখিহুনা লৈরিবা করিগীনো? নখোয়দি বসু কৌবা দেবতামক্তনি। ময়ামগী মঙ্গলদি ওইরিদনা নত্রো?

বসুশিংনা গঙ্গাদা হায়খি "বশিস্ট মুনিনা সন্ধ্যা তর্পন তৌগে হায়দুনা অচীকপা মফম অমদা লৈরম্মী। মতম অদুদা ঐখোয়না ব্রাখল অমরোমদা অসুম চংখিহুনা মাগী মনাক য়ৌরবা ফাওবদা মাবু হেক খুরুম্নমদন লাম্থোক্‌না চংলুরে। মাদুদা মুনিনা শাউদুনা নখোয় পুম্বা মর্ত্যলোককী মীওইবগী যোনিদা চংদুনা পোবউ হায়না শাপ তৌরকখি। মরম অদুনা গঙ্গানদী নহাক্না ঐখোয়বু নচা ওইনা অমুক্তা পোকপিয়ু!"

গঙ্গা — নখোয়না মর্ত্যলোক্তা মী ওইনা পোকপ তারবদি নখোয়গী পিতাদি কনানা ওইগনি।

বসুশিং —" প্রতীপ কৌবা নিংথৌগী মচানুপা শান্তনু হায়বহু জগত্তা ফাওরবা নিংথৌ অমা ওইরগনি। মহাক্তনা ঐখোয়গী ইপা ওইগদবনি।"

গঙ্গানা হায়রকই — হে পাপ চেন্দ্রবা দেবতাশিং নখোয়না হায়রিবা অদু ঐসু য়ানিংলে। ঐসু নখোয়গী পেন্নবা তৌরগে।

বসুশিংনা হায়খি — হে গঙ্গা দেবী নহাক্না নচাশিং অদু পোক্ল পোক্লগা ঈশিংদা হেক হেক থাদগদবনি। মাদুদা ঐখোয়গী অরানব খুভম ওইগদবনি।

গঙ্গানা হায়রকখি — ঐ নখোয়না হায়রিবা অদুমক তৌরাগনি। মদুদা শান্তনুগী মচা অমতংদি লৈহৌনবা তৌবিয়ু।

মাতুনা শান্তনুনা মচা পাম্বগীদমক এগা তিন্নজবগী মহৈ তাতু খক ম'ংবা ওইররোই

বসুশিংনা হয়খি - "এখোয় খুদিংমক্কী তেজ অমমমগী শকক নিপান থোকপগী শরুক অমমম দান তৌবগনি। মাতুনা মপুং ফ.রগ. শান্তনুগী নিপালশুবা মচা ওইরগনি। মর্ত্ত্যলোক্তা নংগী নচা নুপা অতু মচা অমতা পোকলোয়। মচা পোক্কেদি হায়ববু য়ান্না মপাঙ্গল কনবা. কুইনা পুন্সিবা অমা ওইরগনি।

## অনিশুবা শরুক
## শান্তনু অমসুং গঙ্গা
## ভীষ্ম পোকপা

মমাংঙৈদা কুরু বংশদা প্রতীপ কৌবা অথোইবা মতিক মগুন চাওরবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মহাক্না থরাই পানবা পুন্নমক্কী য়াইফনবগীদমক মতম অয়াম্বদা মন্ত্র জপ তৌদুনা লৈরম্মী। মহাক্না মচাগীদমকসু মাগী ভার্য্যাগা লোইননা তপর্য্যা তৌখি। মতম অদুদা স্বর্গদগী মমাংঙৈদা শাপ ফংখিবা 'মহাভিষ' কৌবা নিংথৌ অদুনা লাক্লুনা মহারানী অনিগী মচা ওইনা পোক্লে। গুন পুন্নমক্না তিল্লি হায়দুনা অডা° অদুগী মমিং 'শান্তনু' হায়না থোনখি।

নুপামক্কী অথোইবা শান্তনুনা মমাংঙৈগী মানা তৌজখিবা কর্ম্মনা ফংজখিবা অমাং অতা লৈত্রবা লোক অদুদু নিংশিংদুনা পুনা বর্ম্মতা তৌদুনা লৈখি। শান্তনুনা পাথং ফারক্লবদা মপা

প্রতীপনা হায়খি — " শান্তনু ! নঙগী মঙ্গলগীদমক্তা কনাগুম্বী নুপী অমা ঐগী ইনাক্তা লাকখি। নুপী অদু কুচু কুমেন অমদি মণক মতো ফজবদা হায়নিংঙায় লৈতে। মানা মচা পান্দনা কামাতুর ওইদুনা ঐগী ইনাক্তা লাকখি। নঙনা মাবু মনিং থুংহল্লু , অদুগা নঙনা মাবু কনানো , কদায়দগী লাকপানো , কনাগী নুপীনো, নমিং করি কোই হায়বনচিংবা য়াহৈ অমতা হংল্লুনু। ইপাগী য়াথং মতুংইন্না মাগী অপাম্বা অদুতা নঙনা তৌগদবনি।"

মতো অসুম্না নিংথৌ প্রতীপনা মচানুপা শান্তনুব নিংথৌ অভিষেক তৌদুনা মরৈবাক শিল্লরম্লগা তপে বন্দা চৎখি। ইন্দ্রগ মান্নানা মতিক মগুন লৈরবা বুদ্ধি লৌশিং ফরবা শান্তনুনা শক্তি শঙ য় ইরোইনচিংবা হাক্তুনা বন থুদিংদা মৃগয়া চৎখি। মানা অসুম চৎলকপদা গঙ্গা মপান্দ য়ৌরক্লমই। লক্ষমীগুম ফজরবা মশাগী মঙ লনা মাইকৈ মরিমক্তা শন্দোক্লবী থোকদোক্লা নুপী অমা নাগী মনাক্তা লক্তুনা লেপলৈ। লাইরৈবাক্কী ফিজেং ঙাক্তা শেংলবী থোইদোক্ল নিংথিজরবী নুপী অদুনা শান্তনুগী মনাক্ত অসুম অসুম চংশিল্লক্লমই। নুপী অদুগী তবা তবাবা ফিজোল ফজরবা শকফম অদুদা শান্তনু মহারাজ ইঙক ঙক্লা শুঙ্কাংখিরম্মী। গঙ্গা দেবীসু শান্তনুগী ফজবা শকফম অদু উবদা অপাম নুংশি পোক্তুনা অসুম অসুম নকশিল্লক্লম্মী। শান্তনুনা হায়খি —" ফজরবা নুপী নুপাগী পুক্নিংবু শুঙ্কাংলিংদী নহাকপু ঐগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইবিয়ু।"

গঙ্গা দেবীম্নু শান্তনুগী মোমোন নোঙ্পা শকফম অমদি অমেংবা রাহৈ অহুদা থোইদোক্লা নুংশিবা অপাম্বা পোক্কনা হায়খি—" মহারাজ ঐহাক মহারাজগী নখা পোনবী মহারানী ওইজগনি। অদুম্নদি ওইরবদা অফ ফত্তু ঐনা হেক তৌজবদা মহারাজনা থিংবিবা য়াদে ; রা অমা ফাওবা হায়বিবা য়াদে। মহারাজনা ঐনা হায়জরিবা নিয়ম অসি ভংকপীরিবা মখৈ ঐহাক মহারাজগী নাক্তা লৈগনি। ঐনা তৌবা থবক্তা মহারাজনা রা অমত্তং হেক ভাংলকপদা ঐহাক মহারাজবু থাদোকক্লুনা চৎখিগনি। শান্তনুনা মতুমক তৌগনি হায়না য়াররদা গঙ্গানা শান্তনুবু মপুরোইবগুম ফংজবদা থোইদোক্লা নুংঙাইজখি।

শান্তনুনা গঙ্গাগা লোয়নন শান্নমিন্নবা মতমদা মাগী কেবা, নৌবা থোং নৌনা জগোয় শাবা অপাম নুংশি পোরবা শান্নমিন্নবা মতমদা হৈশিংবা মতৌ অদুদা হেন্না পেনখিদুনা চহি, থা, ঋতু কয়া হৌথরে হায়বা খঙখদ্রে। গঙ্গা তুরেল মপান্দা অদুম অঙাং নিপাল পোকপা ফাওবা নৈখি

মতৌঅ স্নম তৌদুন লাইগুল্লবা ফজ ফজরবা অঙাং নিপাল পোকখি। অঙাং হেক পোকপগা গঙ্গানা অঙা অদু নঙগী কান্নবা তৌবিবক্কনি হায়না ঈশিংদা লংথদুনা ঈরৈদা লুপহনখি গঙ্গানা তৌরিবা অদুদা শান্তনুনা য়াম্না নুংঙাইরমদে. অদুম্নদি ওইরবদা গঙ্গান মাবু থাদোক্কুনা চৎখিগনি কিবন রা অমত্তং ঙাংবা ঙমখিদে। মতুংদা নিপানশুবা অমা অমুক পোক্লম্মী গঙ্গানা অঙাং অদু উবদা থোইদোক্লা নুংঙাইদনা নোকখি। শান্তনুনশু

অঙাং অতুতদি কনগে নিংতুনা গঙ্গাদা নচা হাংকনু । নঙ কনানো ? কনাগী নুপীনো । করিগীদমক নচা হাংলকবনে ? নঙগী অসিগুম্বা তুকচরবা থবক অসিনা নঙোন্দা অচৌবা পাপ অমা ওইরবনি হায়না হায়রক্লবদা গঙ্গানা হায়খি — নঙনা নচা পাল্লবনিনা হন্দক্কী অঙাং অসিদি হাংলরোই । অতুগা নংগা ঐ গাংলৈমিন্নবদি ওসিনা লোয়রে । মসিগী নিয়ম অসি মমাংদৈদা তৌনগুবনি । ঐদি ঙহু মুনিগী মচানুপী গঙ্গা হায়বী অতুনি মহার্ষীশিংনা ঐবু পুজা তৌরিবনি । দেবতা পুম্নমক্কী মনিং থুংনবা মংম কূইনা নঙগা লৈমিন্নরবনি ।

গঙ্গাগী রাইহে অসি তাবদা শান্তনু মহারাজনা করি মরমগী করম করম্বা দেবতাশিংবু মনিং থুংনবা তৌরিবনো ঐঙোন্দা তক্লমউ হায়না হায়রক্লবদা গঙ্গান অশুম্না রারী লাখি ।

মমাংদৈদা দেবরাজ ইন্দ্রগা মান্নবা মতিক মঙাল লৈরব স্বর্গগী নিংথৌ বসু নিপান্না মখোয়গী নুপী অঙাংগা লোয়ননা মুনি অমসুং দেবর্ষীশিংনা থন্না লৈরবা উইহে-রাইহে, লৈশুনচিংবা লৈতেংলবা তপোবন্দা লাক্লমই । খা মেরুগী মনাক্তা বরুনগী মচা নুপা বসিষ্ঠ মুনিনা মফম অতুদা তপ তৌতুনা লৈরমই । বসুশিং অতুনা মুনিবু থুরুম্নমদনা রাখল অমদগী হন্না ফাও য়েংলমদনা লাম্থোক্তুনা চৎখিরম্মী অতুদগী বসিষ্ঠ মুনিনা শাওতুনা মখোয় পুন্নমকপু মর্ত্যলোক্তা তাইবংমী ওইনা পোকপা ওইসনু হায়না শাপ তৌখিরমই । বসুশিং অতুগী মনুংদা ‘দ্যু” কৌবা বসু অমা য়াওরমই । হায়রিবা দ্যু বসু অতুগী মতুনা বসিষ্ঠ মুনিগী

যজ্ঞ থুদিংদা ঘী শঙ্গোম পীনরিবা কশ্যপ মুনিগী ঔরসন্তমী পোকপী নলিনী হায়রিবা শম্বী অদু পামই হায়রক্লবদা ছ্যাবম্ম অতুনা মুনিগী শম্বী অদু হুরান্দুনা পুখিরমই। মুনিনা তপ তৌবা লোয়রবদা মাগী শম্বী অদু উইহে য়াহৈ পীজগে থিরকপদা থিবা ফংখিদ্রে। মুনিনা ধ্যান তৌদুনা য়েংলদা বসুশিং অদুনা হুরানখ্রে হায়বা খঙলদুনা অমুক হন্না কন্না মর্ত্ত্যলোক্তা হৌজিকমক মী ওইনা পোক্লুরো হায়না শাপ তৌখি। অদুগা ছ্যাবম্ম অদুদি মর্ত্ত্য-লোক্তা মতম শাংনা পুন্সিদুনা লৈবা ওইসনু, শিবা মতমদম্ম নুপীনি মুপানি খঙদবা অমগী মথুত্তা শিবা ওইসনু মতৌ অম্মুমা বসুশিং অদু মর্ত্ত্যলোক্তা মী ওইনা পোকপা তাখি।

মহারাজ শান্তনু নত্তনা বসুশিং অসিগী মপা ওইবা য়াবা মীশক অমতম্ম মর্ত্ত্যলোক অসিদা লৈতে অদুগা মখোয়র গর্ভ পুদুনা পোকপা য়াবা নুপী অমতম্ম মর্ত্ত্যলোক অসিদা লৈতে। মরম অদুনা বসু নিপাল অসিগী মমা অমুক্তা ওইরুগে হায়দুনা গঙ্গা মর্ত্ত্যলোক অসিদা লাক্লিবনি। মখোয়না হায়জবা মতুং ইন্না মখোয়গী মপোক অদু থুনা থুনা শুন্নবা হায়দুনা পোকপগা ঈশিংদা থাদববনি। মহারাজম্ম বসু নিপাল অসিগী মপা ওইরুব-নিন কনা অমতনা থিংবা ঙমদনা স্বর্গ কাগদৌরিবনি। নিয়ম য়াশক চেংপা মহাপুরুষ অমা ওইগদবা নচা অসি লৌবিহৌরো ঐদি চংলগে। নচা অসি বসু নিপাল অদুগী তেজ অমমম্মা গঙ্গা ঐগী গর্ভদা পোক্লবনি। গঙ্গানা পীবা নচানি খন্দুনা য়োকপীহৌ বসু নিপাল অদুশু ওসিদা স্বর্গ কাগদৌরিবনি। অসি

হায়রম্লগা গঙ্গানা মথা তানা হায়খি মহারাজনা করিগুম্বা মতমদা এবু উন্নতুনা এভেংন্দা হায়নিংবা খ্বা লৈরবদি গঙ্গা এবু নিংশিংতুনা খান তৌবিয়ু। এইহাক শোয়দনা লাক্কুনা উম্ববা ফংগনি। মহারাজগী নচা ওইনা পোক্লরিবা ত্যুবস্থ হায়রবসিনা বশিষ্ঠ মুনিগী শাপ ফংতুনা মতম কুইনা মর্ত্ত্যলোক অসিদা লৈগদৌরিবনি। নচা অসি য়াম্না অহন ওইনা মপুক্তি শাংনা লৈরম্লগা নোঙ্গাখিগথি অশুম্না হায়রম্লগা গঙ্গানা অভাং অদু পুথুনা মাংখিরমই। শান্তনুগু মতু মচা কায়নবগী মথরাই মুংভাইতনা মুংশুক-মুংজাননা চিন্তা তৌতুনা কোনুংদা চল্লক্লম্মী।

শান্তনু হায়রিবা নিংথৌ অসি দেবতাশিং, নিংথৌশিং অমশুং ঋষিশিংনা য়াম্না ইকায়থুম্নবা, মবুদ্ধি লৌশিং হাম্না লৈবা ধর্ম্ম চেনবা অমশুং অচুম্বা ভাংবা নিংথৌ অমনি হায়না জগত্তা ফাওখি। অশুম ওইবা ধর্ম্ম চেম্লবা গুণ লৈরবা ধর্ম্ম নিতি অমশুং অর্থনিতিদা চংখাম্লবা নিংথৌ অসিনা ভবতবংশগী প্রজাশিং পুম্নমক্কী ভাকশনবা অমা ওইগি।

মতৌ অশুম্না চহি তরুক লেপ্লকল্লবদা নোংমা শান্তনুনা মগয়া চংলগই মানা লৈন কাপদা শজি অমা তেম্না পান্দুনা চেনখিরম্মী শান্তনুনা শজি অদুবু তাম্লবকপদা গঙ্গা মপান্দা থুংলম্মী। মানা শান্তনুনা গঙ্গাগী ঈশিং অসিনা করি মরমগী অশুক তপ্পা চেল্লিবনো হায়না অশুম রেংথরকপদা থোইদোক্লা ফজববা মরেপ ল্লাংবা অভাং অমনা তেন্তুনা গঙ্গাগী ঈশিং অদু কুপশিন্দুনা শান্নরম্বা অদু উথিরম্মী। শান্তনুনা অভাং অদুদু মচানি হায়বা

হায়বা খঙজ্রবস্থ অঙাং অহনদি মপাবু উবদা শুংশিবা পোকখি অমস্থুং থুদক্তা মাংখি। শান্তনুনা মপুক্লিংদা থংনি নিংশিংলক্তুনা গঙ্গাদু কৌরম্মী অমস্থুং অদুবু অদুক্তা উহল্লু হায়না হায়রম্মী।

গঙ্গানা নিংথিজরবা মুর্ত্তী লৌদুনা ফিজোল অঙৌবা শেত্তুনা মনি মুক্তানা লৈতেংবীদুনা অঙাং অদু পুথোক্লম্মী। গঙ্গানা হায়খি অদুঙৈ গঙ্গা ঐগী গর্ভদা পোকখিবা অঙাং অদু অসিনি। অঙাং অসি থৎলাই হৈবা অমা ওইরবনি। বশিষ্ঠ মুনিগী মফমদা অঙ্গ তরুক্ক লোয়ননা বেদ মরি লোয়না তমথ্রবনি অদুগা ধনু বিদ্যানচিংব পুম্নমকস্থু তমদুনা হৈরবনি। লৌরুং পায়বশিংগী মহুংদস্থু ইন্দ্রগা অদ্ধা ওইরবনি। শুক্রচার্য্যনা হৈবা মহৈ পুম্নমক মাস্থু হৈরবনি। মহাক অসি দেবতাশিং অমস্থুং দৈত্যদ নবশিংগীস্থু নুংশিনকন অমা ওইরবনি। ঐনা অঙাং অসিবু চাউনরবা য়োক্লবনি হৌজিক্তি অঙাং অসি কোম্নুংদা পুবিদুনা য়োকপিক্লরে'।" অস্থুম্ন গঙ্গানা অঙাং অদুবু শান্তনুদা শিম্নরম্নগা গঙ্গা দেবী মাংখি।

নিংথৌ শান্তনুনা হুম্নিথক্তা মাম্ননা তেজ লৈরবা অঙাং অদুবু ফংজবদা হরাওনা নিংবা থুংলে খন্দুনা কে নুংদা পূরক্লমই অমস্থুং মাবু যুবরাজ অভিষেক তৌরমই। গঙ্গানা পীবনি হায়দুনা অঙাং অদুগী মমিং 'গাঙ্গেয়' হায়না থোল্লমই অদুগা স্বর্গগী দেবতাশিংনা মর্ত্ত্যলোক অসিদা লাক্তুনা পোক্লরবনি হায়দুনা মাগী অতোপ্পা মমিং অমনা 'দেবব্রত' হায়নস্থু থোল্লমই। মতৌ অস্থুম তৌনা নিংথৌ শান্তনুনা চহি কয়ামরুম নুপী নহাগী রাখল তৌদনা হুংঙাইনা মতম লেপ্লম্মী দেবব্রতস্থু মপাবু য়াম্ন লুনা নিংলমই।

মতম পুন্নমক্তা মপাংগী পেম্নবতা তৌরমই। মপা মচা পুকনে খোইজেন তিন্না মতম লেলখি।

অহুমশুবা শরুক

### ভীষ্মগী ৱাশক

#### শান্তনু অমসুং সৈতাবতীগী বিবাহ

নোংমা শান্তনু মহারাজনা যমুনা তুরেলগী তোর্ব্বান্দ লৈবা বন অমদা কোয়থোক্লনই। মফম অদুদ য়াম্না মুংশিববা মনম অমা ফাওরক্লমই। মানা মনম অদুগী লাকফম অশুম থিরকপদা থোইদোক্পা নিংথিজরবী কন্যা অমা উরমই। শান্তনু মহারাজনা কৈন্যা অদুবু উরকপদা থোইদোক্না নুংশিনা অমসুং অপাম্বা পোক্তুনা হয়খি "বেম্মা! নহাকপু করি নমি কৌবগে? কনাগী মচানো? করিগীদমক্তা নফম অদু লৈরমহিবনে?" কৈন্যা অদুনা খুমখি—"ঐদি ঙা ফাবগী মচানুপীনি। ইমিংনা সৈত্যবতি কৌই। মংসং জংগিগী লুচিংবা ইপা দসরাজগী য়াথং মতুং ইন্না হি তোঙ্গরিবনি।" শান্তনু মহারাজনা লাইগুম্না ফজরবী অমসুং মনম নুংশিরবী কৈন্যা অদুবু যাম্ন পাম্লমই অমসুং খুদক অদুমক্তদ মাপা লোইননা শান্ননি লম্বী নিংথো শান্তনুনা খুদব অদুমক্তদা দাসরাজগী মনাক্তা চত্তুনা কৈন্যা নিরমই। অদুদ দাসরাজনা খুম্লক্মী "মহারাজ!" ঐগী ইচানুপী আসিবু পাম্বিরবদি ঐগী ইনাংদ সত্য অমত্তং তৌবিয়ু মদদি মহারাজগী ঔরসতগী

ঐগী ইচানুপীনা পোকপা মচানা নিংথৌ ওইহনগদবনি, মতুগী-দমক মাবু হান্না যুবরাজ অভীষেক তৌবিগদবনি মতু ওইরবদি মহারাজদা ইচান্নুপী অসি কৎচগনি নিংথৌ শান্তনুনা ফনা য়াম্না কামাতুর ওইরবস্ত ঙা ফাবা নুপা অতুদা অতুগুম্বা বরদান অত পীনিংদ্রে। অতুন্নমি ওইরবদা কামগী মৈনা চাক্কনা জ্ঞান তাদনা কৈন্যা অহুতনু নিংশিংতুনা হস্তিনাপুরদা হল্লক্লমই। শান্তনু মহারাজনা মথরাই নুংঙাইতনা নুংশুক নুংজানতুনা চিন্তা তৌতুনা লৈরম্মী। মতৌ অতু উবদা মচা দেবব্রতনা হংখি — "ইপা ইবুংঙো' মাইকৈ পুম্বদা মহারাজগী মঙ্গলগী মঙ্গল ঙাক্তা উরি। নিংথৌ পুম্নমক মহারাজগী মথা পোম্না লৈরি। অতুক নুংঙাইনা লৈরবা অসিদা করিগীদমক ইপা ইবুংঙোনা অশুক রানা চিন্তাতা তৌতুনা লৈবিরিবনো? কনানা লাকচবা য়াওবগে? নচা লমন থুমজরুগে।

মচানা অস্থম হায়রক্লবদা শান্তনুনা হায়রক্লম্মী — 'ইবুংঙো দেবব্রত! নঙনা ইপাবু ধ্যান তৌতুনা ঙাক্তা লৈ হায়বদো অচুম্বনি ঐখোয়গী পাক চাউরবা বংশ অসিদা লৈরিবা শাগেগী পীবা হায়ববু নঙ নথন্তা মঙায়রেদো। অতুদা নঙস্থ খুৎশু-খংলাইদা হোৎনতুনা লালগী রাথন্তা তৌতুনা লৈরেদো নঙ অসিনা হেক লৈখিদবদা ঐখোয়গী বংশ অসিনা ওইহৌগদব' ফিবম অতু থল্লুবদা ইচা মশীং হেনগৎনবা নুপী নহা অমন্নুক খিবগী রাথলন্থু তৌরবনি।"

থোইদোক্লা শিংলবা দেবব্রতনা মপাগী মপুক্লিং লাংতক্লবগী মরম খঙলতুনা মপাগা য়াম্না চান্নবা অ ন ওইরবা মন্ত্রি অতুগী

মফমদা চত্তুনা ৱা পুন্নমক হংখি। মত্রি অহুনা হায়খি। দেবব্রত ? দসরাজগী মচানুপী সৈত্যবতী হায়বতুগী মফমদা মহারাজ শান্তনুগী অপাম্বা অমা খঙহৌদনা পোকখ্রে।

অতুগী মতুংদা দেবব্রতনা অহনা ওইরবা ক্ষেত্রিয় পাত্র মত্রি পুন্নমক্তা লোম্বনবা দসরাজগী মফমদা চত্তুনা সৈত্যবতীবু মপাম্বী-দমক পীয়ু হায়রুরে মুমিং অতুদা দসরাজনা দেবব্রতবু য়াম্না ইকায় খুম্বনা অমসুং পুজানচিংবা তৌদুনা আসন্দা ফমহনখি। অতুগী মতুংদা দসরাজনা হায়খি — নিপাম্বী মসুংদা অথোইবা, নহাক্তি নিংথৌ শান্তনুগী মচানি। শা লালগী থৃংঙ্গ খুংলাই গুন ৈংরবা, মহারাজ শান্তনুগী লৈবাক অ স পুবিহৌনবা অমা ওইনা লৈরবনি। অহুনা অথোইবা নঙোন্দা ঐনা করি অমুক হায়ফম লৈরিবগে ? ঐগী অপাম্বা অতু ঐগী ইচিন অসিনা করম্না হায়জবা ঙমগনি।'

দসরাজনা মখা তান অমুক হায়খি —'কৈন্যা অসিদি মতিক মগুন চাউরবা নিংথৌ উপরিচরগী ঔরসতগী পোকপনি। মপা মপুগী হৌরকফম শাগৈ জাৎ পুন্নমক্তা যেংনবদা নখোয়গী লম্বা চারিবনি মতিক মগুন চাউরবা নিংথৌ উপরিচরবু মশা-মক্তা লাক্তুনা ধর্ম্ম চেল্লবা নিংথৌ শান্তনুতনা সৈত্যবতীবু লোবা ১তিক চায় হ'য়না ঐঙোন্দা লাক্তুনা হন্না হন্না হায়রমই। মতুংদা নোংম অসিত মুনিগু লাক্তুনা সৈত্যবতীবু পীয়ু হায়রম্মী অহুবু ঐনা ঐগী অপাম্ব অতু ফংলরোই হায়জুনা পীখ্রিত্রবনি।

জ্ঞান লৈরবা দেবব্রতনা মাগী মপুক্কিংগী অপাম্বা অছু খঙলদুনা হায়খি —"ঐনা হায়গদৌৱিবা ৱা অসি হকনা অমত্তমা উপ্পরোইদবা ওমফমগী থোক্তবা থবক অতু ঐমা ৱাশকতুনা হায়জরি। মচুদি ঐহাক পুন্সি চুপ্পা ইরৈবাক থাদোকচরে। সৈত্যবতীনা পোকপা মচানা শোয়দনা নিংথৌ ওইগনি। অদুনা সৈত্যবতীবু ইপাগীদমক পীবিরো?" দাসরাজনা অমুক মথা তানা হায়রক্লনই। "পুকচেল চাউরবা নহাকী ৱাদি অচুম্বা শোয়দনা ওইগনি অদুদা মহাক্কী নচাগা সৈত্যবতীনা পোকপা মচাগা নিংথৌ খুন্ডমগীদমক য়েংনবা লাকপা য়াই। মসিগী ৱাফম অসিদা য়েঙবনা পল অমা ওইরি।" দেবব্রতনা মথা তানা অমুক হায়খি— "ঐনা ক্ষেত্রিয় অহুম লমলশিংগী মনাংদা অমুক হন্না ৱাশকচরি—'ঐহাক পুন্সি চুপ্পা নুপী খিররোই, ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈরগনি।" গঙ্গেরগী অসিগুম্বা ৱৈরেশিং অসি তাবনা দশরাজ তুহংবা পোকখি। মতমগী দুদা দশরাজনা হায়খি — "ঐনা সৈত্যবতী কোন্থী বগা অসিবু শোয়দনা পীজরগনি।"

দেবব্রতগী অসিগুম্বা ৱাশক অসিদা স্বর্গগী অপসরাশিং, দেবতাশিং অমদি ভুবলোকশিং পুম্নমক্না নোংথক্লগী লৈগী নোংচুনখি অমসুং হিরম থুদিংদা অকিবগী মশক ওইরবা মাগী মমিংবু 'ভীষ্ম হায়না থোল্লবনি হায়না স্বর্গদগী আকাশবাণী লাওথোকখি। অদুদগী দসরাজনা ভীষ্মনা পীবা লুচোংবগী খুজি অছু সৈত্যবতীদা চাত্রা য়েংউ হায়দনা পীরমই। সৈত্যবতীনা হায়খি— "ইপা ইবুংঙো খুজি অসিদি কদাযদগীনো? ফজক্লেরদ।

পামপ্রেদা ঐঙোন্দা চপ চারে ;" অদুগী মতুংদা ভীষ্মনা সৈত্যবতীগী মনাক্তা চংদুনা "ইমা ! য়থ মথক্তা কাখৎপিরো। য়ুমদা চৎলসি" অস্থম হায়না সৈত্যবতীবু য়থ মথক্তা তোংখৎহল্লগা কোম্নুংদা পুরক্লমই অমস্যুং মপাদা কৎলমই অদুগা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক মপাদা তক্লমই। শান্তনু মহারাজনা পেল্লদুনা বর পীখি— "ইবুংঙো ? নহাক মতম কুইনা পুনসিবা ওইয়ু। নংনা হেক হিংনিংলিবমখৈদ্রিংদুনা লৈবা ওইয়ুকো।" ভীষ্মনা শাস্ত্রগী বিধি কান্না সৈত্যবতীগা মপাগা অনিগী বিবাহ কর্ম্ম পাংথোকখি ! অদুদগী কোম্নুংদা পুশিনখি।

সৈত্যবতীগী গর্ভদা মচা নুপা অনি পোকখি। মখোয়গী মমিংদি মথংশিংনা বিচিত্রবীর্য অমদি চিত্রাঙ্গদ কৌই।

### মরিশুবা শরুক
## চিত্রাঙ্গদা অমস্যুং বিচিত্রবীর্য্য

চিত্রাঙ্গদ অমস্যুং বিচিত্রবীর্য্য মখোয় অনি অসি এন্দ্রি লৌশিং ফবা, মপাঙ্গল কনবা অমস্যুং তেজ লৈবা মী ওইরমই বিচিত্রবীর্য্যনা মখোক কারকপা পাখং কাদ্রিঙৈ মতমদা শান্তনু মহারাজ নোঙ্গখি ভীষ্মনা মমা সৈত্যবতীগী মত মতুংইন্না চিত্রাঙ্গদবু নিংথৌ অভীষেক তৌবিদুনা সিংহাসন ফমহনখি চিত্রাঙ্গদনা মশা মথন্তুগী পাঙ্গোম্না পৃথিবীগী নিংথৌ পুম্নমক মাইথিবা পীখি। অদুমদি ওইবগা মানা মাগী মপাঙ্গল, মখোনাগী নাপল তৌদুনা দেবতাশিং অসুরশিং অমস্যুং মর্ত্তলোকতা মী পুম্নমকপু ভুশিংলমদে।

নোংমদি গন্ধর্ব নিংথৌ চিত্রাঙ্গদা হায়বচু মাগী মনাক্তা লাক্লমই। গন্ধর্ব্ব নিংথৌনা হায়খি—"রাজকুমার! নহাক্কী মিংগা ঐগী মিংগা মান্নরে, অদুনা ঐগা লোয়ননা লাম্থেংনবীয় নত্রগা ওসিনক চিত্রাঙ্গদা হায়রিবা মিং অসে ওন্থোকপিয়ু। ঐখোয় অনি মিং চপমান্নে হায়দুনা ঐহাক রাজকুমারগী মফমদা লাক্লি-বনি ঐ নংগা লাম্থেংনবা পাম্মী। মরমদি ঐগুম্বগী মিংগা খক মান্নফম থোক্কে"। রা অসি হায়বদা মখোয় অনিদু গুংল-গুংলদুনা, মথদাং চীক্রনা হিরন্ময়ী কৌবী তুরেলগী অচীকপা তোর্ব্বান তাম্না চংনগ্রে। অদুগী মতুংদা গন্ধর্ব্ব নিংথৌ চিত্রাঙ্গদগা কুরু নিংথৌ চিত্রাঙ্গদাগা অকনবা লান্ন থেংনখি। মতৌ অম্মুন্না কুরুক্ষেত্রগী হিরন্ময়ী কৌবা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা চহি অহুম চুম্না লংথেংনখি। খুৎলাইশুনা নোংচুবগুম চুথনরবা লানকম অদুদা মরৈ মরা হৈরবা গন্ধর্ব্ব নিংথৌ চিত্রাঙ্গাবু কুরুনিংথৌ চিত্রাঙ্গদানা মাইখিবা শীবা ওনখিদ্রে। গন্ধর্ব্ব নিংথৌনা কুরু নিংথৌবু নমথাক ময়া তৌদুনা হাৎখি। অমম্মুং ঐনা নংগী নাপলবু থুদেকে হায়দুনা নংবু হাৎলিবনি, নশাগী নাপম্না নশাবু মাংহল্লবনি কদৌ-হৈদম্ম নশানা নশাবু নাপন খক তৌরোইবদবনি হায়রম্নগা স্বর্গদা কাখৎখি।

নিপালক্কগী অথোইবা চিত্রাঙ্গদানা শিরমদাইদা ভীষ্মনা মনাও নিপা বিচিত্রবীর্য্যবু মাগী শ্রদ্ধা কর্ম্মনচিংবা পুম্নমক তৌহনখি। অদুগী মতুংদা কল্লবা ভীষ্মনা চহি মতাং চাক্রিবা তনৌ তনৌরিবা বিচিত্রবীর্য্যবু কুরু বংশগী নিংথৌ ওইনা অভীষেক তৌবিদুনা

সিংহাসন্দা ফমহনখি। বিচিত্রবীর্য্যনা মতম লৈবা খিবিক্তা ভীষ্মগী পাউতাক অমদি ময়াথং লৌড়ুনা মপা মপুগী লৈবাক ঙাক্লমই। মহা ওইরিবা বিচিত্রবীর্য্যনা ধর্ম্মশাস্ত্র অমদি খুংলাইদা হৈশিংলবা ভীষ্মবু য়াম্না কিনা চৎলমই। মতম লৈবা খিবিক্তা ভস্মগী মহা লৌড়ুনা লৈবাক ঙাক্লম্মী। ভীষ্মনস্থ মাবু হিরম পুম্নমক্তা ঙাক শেনবিখি।

মওংশুবা শরুক

## বিচিত্রবীর্য্যগী বিবাহ

বিচিত্রবীর্য্যনা মথোক কারক্লবা পাথং অমা ওইবক্লবদ মমা সৈত্যবতীগী মত মতুংইন্না মাবু লুহোংশথোংদোংবগী থৌরাং তৌরগে হায়না ভীষ্ম খনখি। মতম অড়ুদা অপসারাংগুম্না ফজরবা কাশি নিংথৌগী মচান্নুপী অহুম অমুক্তদা স্বয়ম্বর তৌগনি হায়বা পাও অমা ভীষ্মনা তারমই। হেক্লবা তুম্লবা ভীষ্মনা মমা সৈন্য বতীগী য়াথং লৌড়ুনা কনাস্থ য়াওদনা মথন্তা রথ অমদা তোংড়ুনা কাশী নগর তানা চৎখি।

লৈবাক লৈবাক্কী নিংথৌ, নিংথৌমচা কয়া কয়ানা স্বয়ম্বর মাওথা পৈড়ুনা লৈবা উরম্মী। তিল্লরিবা নিংথৌ. নিংথৌমচাশিং অড়ু মশক মমিং খঙনলবা মথং মথং অপাম্বা বর খন্নবা লাকপদা শান্দনুগী মচা ভীষ্মবু অহল ওইরে অমদি মথন্তস্থ লাকই খন্দুনা

মতিক্ক লৈবা ওইনা উরবস্থু কান্দুনা ভীষ্মগী মপা শ্রৌরকপদা মাবু ফংলমদনা চংখি। মহাক্না লোম্ন লৌম্ন ওাংনরকই ভীষ্ম হায়বসে ফনা য়াম্ন: ধর্ম্ম খঙলদনি, হকচাংগী লু-তোং পুন্ন্বা হিকথবক্লবনি মপোক্পা পুংডৌ ভৌরে অচুবু মানা নফম অসিদা ইকায়বা খঙদনা লাকলিবসিবু করিগীনে? ব্রহ্মচারী ওইগনি হায়না মীনমচুনা রাশকশিন্নরগা জগত্তা মীনা মাবু করি হায়নগনি জগত্তা মীনা মাবু ব্রহ্মচারীনি হায়না অরেম্বদা থাগংলি। মতৌ অম্মুন্না নিংথৌ, নিংথৌমচাশিং অতুনা নোক্লবম্মী। ভীষ্মনা মতু তারবদা থাইনা শাউগ্রে। মানা ফুক হৌগত্তুনা "মহারাজ! কন্যা অতম অসিদু ঐনা নিরে পীরো।" অম্মুন হায়না ময়াম মমাংদা লাওবম্নগা কন্যা অতুম্মক রথ মথক্তা হাপকংলগা তিম্নরিবা নিংথৌ অমম্মুং নিংথৌ মচাশিং পুম্নমক্তা যেংদুনা হায়ম্নরকই নিংথৌ পুম্ননক মতিক মগুণ চাউরবা বরবু তরাম তম্না কৌরগা দান তৌগদৌরিবা কন্যা অচুবু মানা মানা গুণা শক্তিগী মতুংইন্না ফিজেৎ লৈতেংবিতুনা অউনপোং তমতুনা দান তৌনৈ। অতোপ্পা কনাগুম্বনা মনবী অনিতম্মু লোইননা মচা নুপীবু বর, অতুদ দান তৌনৈ। কনাগুম্বনা কন্যা অতুনা মপুক্লিং ইতাও তাওনা লৈরিডেদা ব্রজনা বলংকার তৌতুনা নমতুনা পুই কনাগুম্বনা শেল্প লৌতুনা মচা নুপীবু য়োনবগী ভাব ওইনা দান তৌই। কনা কনাগুম্বনা কন্যা অতুনা মশানা য়ানা বিবাহ তৌতুনা লৌই। কনাগুম্বনা কন্যা অতুনা মপুক্লিং ইতাও তাওনা লৈরিডেদা বলংকার তৌতুনা নমতুনা তিম্নরগা লৌই কনা অমনা বজ্রনচিংবা তৌতুনা কন্যা বিবাহ তৌতুনা লৌই।

"মখোয় অনি মতৌ মনাও ওইবগী ধর্ম্মদা চংলো" অম্মুম হায়রনা কনা কনাগুম্বনা কন্যাদান তৌহুনা মুপা অহনা আর্য্য বিহারগী বিধি মতুংইন্না কন্যা অহুব ভার্য্যা ওইনা কংই। মসিবু পণ্ডিতশিংনা নিপান শুব বিবাহনি হায়না খঙনৈ।

ক্ষেত্রিয়শিংনা স্বয়ম্বর বিবাহ অসিডবু থাগৎনৈ লৌখৎনৈ, করিনা হায়রবদু ধর্ম্ম খঙবশিংনা হায়নৈ যেক্রবশিংবু আয়থিবা মীহুনা ময়ামগী মমাংদগী নমহুন। কন্যাবু পুথনা চংপদো মহুতন। ক্ষেত্রিয়-শিংগী মফমদা মতিক চাব। বিবাহনি মরম অহুনা তিল্লিবা নিংথৌ-মচা পুম্নমক ঐনা ঙসি ময়ামগী মমাংদগী কন্যাশিং অসিবু নমনা পুবা পাম্মী। ময়ামম্বু অডম অডম্বা শক্তিনা জয় নগ্রগ পরাজয় ফংননবগীদমক্তা থৌরাং তৌবিরো। নিংথৌ পুম্নমক ! ঐ হৌজিকমক ময়ামগা লাল থেংনগে হায়তুনা ঙাইজরি। ভীষ্মনা তিল্লরিবা নিংথৌশিং অমম্মুং কন্যাগী মপ কাশীরাজগী মফমদা অশুন্না লাউরম্মগা কন্যাশিং অহুবু রথ মথক্তা থাজত্তুনা কন্যাশিং অহু পুরগা থুনা য়াংনা চৎখি। অহুগী মতুংদা লৈহৌরিবা নিংথৌনচাশিং অহুনা শাউত্তুনা মপান্মোম তিংজুনা, মথুং খুহুম নোহর নোইরতুনা, খদাং চিক্কুনা চপনাক্লনা ফুক ফুক হৌগৎখি। মখোয় পুম্নমক শাউবনা নমিং ঈ কারতুনা মখোয়গী ফজরবা ফিজেং লৈতেং পুম্নমক মাইকৈ মরিদা মফম মরাং খঙদনা লংথোক্লগা লালগী কবচ লালফি শেত্তুনা মুংশা মপি থবেং থবেং হোন্দুনা মখোয় মখোয়গী শগোল গাড়ীদা তোংতুনা ভীষ্মগী মতুংদা তানথংলকখি। শাউবনা মমিং ঈডাং ডাংলবা, [illegible]

অদুনা নিংথৌশিং অদুনা কয়া তানখৎলক্লুনা ময়ামা নাকন অমদা ভীষ্ম মথক্তনা নাকন অমদা লৈদুনা কল্লবা অমদি য়েংবদা তুক্লুবা পোক্লবা অকিবগী মশক ফংলবা লাঙ্গাও অমা থোকখি। অহানবদা নিংথৌশিং অদুনা পুম্নমক হৌদুনা তেন লিংশিং তরা অমুক্তদা ভীষ্মগী মদা কাপ্লকখি।

অদুগী মতুংদা ভীষ্মনা তেনশিং অহু য়োরক্লিবদো থোরবা তুম্লবা তেননা য়াওল্লা তৈলশিংতনা নোং চুবগুম কাপ্লুনা লমথাংদা কক্লুনা থাদখি। নিংথৌশিংনা পুম্নপ মাইকৈ মরিদগী চেনশিল্লক্লুনা ভীষ্মবু কোয়শিলখি। নোং মরি মরিনা চীংথক্লা হৈখ্রকপগুম ভীষ্মগী মথক্তা তেনতনা নোং চুবগুম কাপথরকখি ভীষ্মনা মশা মথক্তগী তেন্ন অতুক য়াম্বা তেনগী নোং অদুবু থিংদুনা মুথৎলগা মখোয়গী মশাদা তেন অহুম অহুম থাখি। নিংথৌশিং অদুনস্থু ভীষ্মদ তেন মঙা মঙা থাখি; ভীষ্মনস্থু অমুক তেন অনি অনি মখোয় খুদিংদা থাখি।

থাংতা তেননা পুমকুপ কুপথ্রবা অকিবা ফংলবা লাঙ্গাও অতুনা মমাংদৈগী হিংচাবশিংগী লাঙ্গাওগী মতৌগুম্না অউ অউবা মীশিংনা থগোইদা অকিবা অমস্থং পুক্লিংদা তুক্লুবা পোকহনখি। অদুগী মতুংদা ভীষ্মনা য়েক্লবশিং অদুগী লৌকং, কীরান, লালগী কবচ অমদি মকোক লিশিং লিশিংদু কক্লুনা থাদখি। রথ মখক্তা তোংলুনা ভীষ্মনা মশা মথক্তনা অতুক য়াম্না য়াম্বা তেনবু মশা শোকহন্দনা ডাকথোকপা ঙম্বা অমদি মাগী মথুং থুবা অদুদা য়েক্লবশিং অদু কাওবা মাবু থাগৎনখি। অদুগী মতুংদা

ভীষ্মনা য়েক্কবশিংবু মাইথীবা পীরম্লগা কন্যাশিং অদু পুন্থনা হস্তিনাপুরদা হল্লক্লমই।

অদুগী মতুংদা থরাইগা মান্নরেবা মপাঙ্গল্লা মাগী ওইব মহারথী শাল্ব নিংথৌন ভীষ্মগী তুংদা প্রপ্রপ তাল্লরমই। শাল্ব নিংথৌনা ভীষ্মবু তানখায়রগা কন্যাশিং অদুবু অমুক তপ্লগে হায়না থলখি। মপাঙ্গল কল্লবা নিংথৌ শাল্বনা কন্যাশিং অদুবু ফংনি বনা লাংতক্লবদুনা অশাউবগা লোয়ননা ভীষ্মগী তুংদা লাওবকখি। "ভাইখো! ভাইখো লেপখো!"

অদুগী মতুংদা য়েক্কব মীথোইবা মহারথী ভীষ্মনা শত্রুগী খ্রা তাবদা শাউবনা মৈখু যাওদবা মৈরিগী মংোংল চাংনা তেন্দোংদগী তেন শত্তুনা তেঙ্গ থোংলগা শাল্ব নিংথৌরোমদা ক্ষেত্রিয় ধর্ম্মগী মতুংতল্লা অকিবা লৈতনা, তহা তহনা রথ মমায় লৈশিল্লক্লখী। ওনশিল্লক্তুনা লেপ্তুন লৈবদু উবনা নিংথৌ পুম্বা শাল্বগা ভীষ্মগা অনিগী লালগী ভাবক ওইগদবগী হোৎচিল্লরকই। মপাঙ্গল মথোন লৈববা ভীষ্ম অমদি শাল্ব অনি অদু অমগা অমগা ফজিল্লগদবগী মমায় ওনশিল্লে। নিপা মরক্তগী অথোইবা শাল্ব কৌবা নিংথৌনা খুৎলৈ থৎনা কাপশিল্লকপা লেনতনা ভীষ্মগী মশাদা তেল্লা থাখি। মদু উবদা মাইথিবা ফংলবা নিংথৌশিংদুনা সাম্ববু শাধু সাধু হায়না নুংঙ্গানা পাউখি, অমসুং মাগী লৈশিংবা মখুৎ থৎদা অদু উবদা হম্না হম্না থাগৎখি।

মতম অদুদা য়েক্কবগী লৈবাক ওম্বা ভীষ্মনা য়েক্কবশিংগী মংগা অমদি থোল্লাও তাবদা শাউরদুনা "লৈরমউ, লৈরমউ" ওসিদি

অসুম হায়না লাওরকই। মতুঙ অহুদা শাউনা শাউনা সরথিদা হায়রকই- "থৌজিল্ল, হে-সারথি ! শাল্ব লৈবা মফম অসি তাল্লা থৌজিল্ল ; গরুবনা চিংদা হাংপগুম শাল্ব অসি হাৎলগে।" অসি হায়রগা ভীষ্মনা সরুনাক তেন্জ খোংলক্লে খুৎলাই অসিনা থাবদা শাল্বগী শগোল মরি অহু লেখিল্লে খুৎলাইতনা মাগী হৌখাইশিং অমুক হিংনা শাল্বগী সারথি অহু ভীষ্মনা হাৎখি। অহুংগী ভীষ্মনা বথাশং অহুবু থুনা য়াংনা পুথ্রগে খন্দুনা "ঐন্দ্র অস্ত্র" না শাল্বগী শগোল মরি অহু কক্নুনা খাদরে। ভীষ্মনা মতৌ অসুম জয় তৌদুনা মথরাইতদি খাকপিদুনা শাল্ববু থাদোকপিখি মতৌ অসুম শাল্ব নিংথৌ অহু মথরাইত পুদুনা মাগী লৈমুংদা হনখি। স্বয়ম্বর য়াওগে, য়েংগে লাকপা নিংথৌ মচানিং পুম্নমকপু মাগী মাগী মরৈবাক্তা হনখ্রে। ভীষ্মনা য়েক্কবা, যৈথানবা, পুম্না উমতুনা কন্যাশিং অহু পুদুনা হস্তিনাপুরদা হনখি। হস্তিনাপুরদা নিংথৌ বিচিত্রবীর্য্যনা পৃথিবী পুম্বগী শাসন তৌদুনা হায়বদি নিংথৌবেল ওইদুনা লৈখি মপা শান্তনুনা মরৈবাকপু নিংথিনা চাক্রন্থগুম বিচিত্রবীর্য্যসু মপাদগী হেন্না ফজনা লৈবাক চংশি। ধর্ম্ম অমদি অর্থনিতিদা থোইদোক হেন্দোক্লা খওইরবা ভীষ্মনা মতম পুম্নমক্তা মন ও অহুবু পাউত্তাক পীরমই। মনাও অহুনসু ভীষ্মদগী পাউত্তাক লৌদুনা লৈবাক শাসন নিংথিনা তৌখি

অসে দা খ্বাইগা মান্নদনা কল থৌরবা ভীষ্মনা মশাদা তেনগী অমদি খুৎলাইগী চৈফম অমতা য়াওদনা য়েক্কবশিংবু মাইথীবা

পীরমল্লনা বন, তুরেল চী-মান উৎরা কয়া লাম্হোক্লুনা মচা-মনৌ পুরকপগী মতৌগুম কাশীরাজগী মচানুপীশিং অতু পুথ্রনা লাক্লম্মী ভীষ্মনা মচা য়োকপগুম্না কন্যাশিং অতুবু খোকথি। বিচিত্রবীর্য্যগী লোম্বনবা কন্যাশিং অতু ভীষ্মনা কোন্থং মথুংদা পুশিলকথি। মানা রাজ কন্যা অহুম অতু মনাও নুপাদা দান তৌগে খনথি। ভীষ্মনা মমা সৈত্যবতীগা ঙা তাননুনা মতম খবংগী মতুংদা মখোয়বু লুহোংনবগী থৌরাং তৌথি। ভীষ্মনা মখোয়বু লুহোং-বীগদৌরে হায়বা তাবদা কাশীরাজগী মচানুপী অহন অধান নোক্না নোক্না ভীষ্মদা হায়খি "ঐহাক্কি ঙগী পুক্নিংদা নিংথৌ শাল্ববু ইপুবোইবগুম খনজখ্রবনি, মহাক্সু ঐবু মাংগা ভয্যাগুম ছৌজিক ফাওবা খন্দুন লৈরিবনি। ঐবু পেবগা তপানশু লৈবির ভাব অসি য়ানখ্রবনি। ঐবু মফম অসিদ পুবিরক্রমত্রবদি স্বয়ম্বর অতুদ শাল্বদা বরমালা ভুকচরমগদবনি ধর্ম্ম খঙলবা, পুন্নমক উববা নহাক্ন ধর্ম্ম কায়দনবা শিনবীয়ু"। কন্যা অতুন ব্রাহ্মনশিংগী সন্তাদ অস্মম্না শায়রক্লবদা কল্লবা ভীষ্মনা বেদ শাস্ত্র হৈববা ব্রাহ্মনশিংগা মুন্না রা তাননুনা তৌগদবা পুন্নমক লেপ্পরগা কাশী নিংথৌগী মচানুপী অহন অতু শাল্ব নিংথৌগী নকমদা চংপা য়াহনি হায়না য়াথং পীখি অতুগা মনাও অম্বিকা অমদি অম্বালিকা কৌবী কন্যা অনি অতুবুদি মনাও বিচিত্রবীর্য্যদা বিবাহগী বিধি কায়দনা দান তৌখি।

অম্বিকা অমদি অম্বালিকা অনি অসি মশক মতৌ ফজরবী ওইরমি। মখোয়গী কুচুদি শংবানবনৈ, মুখবা শঙ্খাংনা খোয়খোয়না

তারি, খুজিলগী পরেং অতু ওাংলৈননা ময়াম তোংতক তৌনা নিংথিজৈ অমসুং য়াংনংচু তারকপা পুম্নমক লোয়না কৈজে । মখোয় অনিমক মীকৌ মীরাম ফজবা মীশক থঙনা ইকায় খুম্না চৎপী ছুপীগী অফবা লক্ষণ পুম্নমক্না শিল্লবী; শাগৈগী মঙ্গল ওইনহ্রী নদম উৎপী ওাক্তনি । মখোয় অনিন অশ্বিনীকুমারমক ফজবগা বিচিত্রবীর্য্যবু ফংঙবদা মত্তিক চাবা মপুরেবে ফংজরে খন্দুন হৃবাওনা মপুরোইবগী সেবা তৌনা লৈথি । মতৌ অসুম অচৌং ওইবিবা মথোক কারকপা বিচিত্রবীর্য্যনা চহি তরেৎ অম্বিক, অমদি অম্বালিকা অনিগা কপ্লেনা শান্নমিন্নবদা বীর্য্য ময়েং তাথিজন, যক্ষ্মা হায়বা লাইথুং অতু মশাদা পানখি । মাংবা, কবিরজ কয়ানা লাইথুং অতুবু কোক্নবা হেৎনবদা শুম-ত্রহুনা নৌন যমালয়দা চৎখি । ভীষ্মনা য়াম্না রানা মথরাই তুংওাইতন রাজপুরোহিতশিং অমদি কুরু শাগৈগী অথোইবা শাস্ত্র মিত্র থিবিক্না লোযনন সৈত্যবতীগী মত মতুংইন্না বিচিত্র-বীর্য্য নিংথৌগী শ্রাদ্ধনচিংবা প্রেত কার্য্য পুম্নমক তৌথি ।

বিচিত্রবীর্য্যনা মচা পোক্লমদনা শিগ্রবদা নিংথৌ ওইবীনবা লৈতদ্রনা কুরুরাজ অতু মুৎপা তাখিরমই । অতুমদি ওইরগা ভীষ্মনা নিংথৌ ওইত্রগনু মপা শান্তনুগী লৈবাকপু মাংদনবা নিংথৌগী থবক পুম্বা পুরমই অমসুং লৈবাক ওাক্লমই । মতম অদুদা সৈত্যবতীনা ভীষ্মদা হায়খি "ভীষ্ম! ননাও বিচিত্রবীর্য্যনা মচা থনমদনা নোনা নোঙ্গাথ্রবনিনা মথোক কারকপী, রূপ গুণ চঙখোঙ্ববী অমদি মচা পাম্বনা লাংতক্নবী ননাও দুপী অনি

অসিদা নচা পোকউ নক্রগা পশা নথম্না অভীষেক তৌদুনা নিংথৌ ওইবো অদুগা বিবাহ তৌদুনা নচা ধারা থনম্লবা তোংনরো মেঙ্গাগ্রবা নবুধৌশংগী নবক ভাদনবা হোৎনৌ ।

অষ্টম হায়বত্রক্দ ভীষ্মনা হায়খি 'ইমা' ইমাগী মংদা অমুক হল্লা রাশবচনি মবেল এহুম থাদোকপা ওমগনি, স্বর্গগী সিংহাসন থাদোকপা ওংচনি, অদুদগী হেনবা অতৈস্থ থাদোকপ ওংগনি । তৌইগুম্বস্থুং মচ পুক্লবগী রু হায়বন অদুদ ইমাগী বিবাহগী মতমদা ওাংনবিব রাশকখিব অদুদি কৈদৌউবনু থাদোকপা ওমজবোই, ভীষ্মন মথা তানা হায়বকন ইমানা মতুগীদমক য়াম্না চিংনবিবদি কন হম্বা মুনি, ঋষি অমবু দান য়াম্না চাওনা কংচগনি হায়দুনা কোরগা ধা নানবা পাপ, লান্দা থোববা, ধম্ম লৈরব ওপাঙ্গ নল্লবা, ওহানবা ওহনবা কযা কয়া জগৎ অসিদা ব্রাহ্মণশিংনা পোকহনাখিবনি

সৈত্যবতীনা ভীষ্মগী রা অদু তাবগা লোক্লুনা হায়বকই ভীষ্ম । নওনবু হায়রবদি এহাক নাবা অমা হায়গে : ঐনা নওব হেন্না থাজবনা রা আস হায়গদৌ বনি মমাংউভেদ নোংকাব ওইনিউভেদা ইথস্তা নোংমা মপাগী হি অদু চন্দুনা শাক্লখ্মা মতম অত্তুদা ধর্ম্ম চেল্লবা পরাশর মুনিনা হি অদুগী থম্বা কাখৎলক্লম্মী । মানা ঐগী তৌরকফম পুক্লমক তাক্লনই অমস্তং ঐবু মিতৌৎলম্মী ঐনা মুনিগী শাপ্ন কিবনা মগী মথা থাখি । খুদক অদুমক্তদা অঙাং অমা পোকখি হিথকা দ্বিপ্তা পোক হায়দুনা অঙাং অদুগী মমিং দ্বৈপায়ন হায়না কৌখি ।

ঐনা ঈশ্বী ইশাসি মিরাওই মনম্বা থাংবা ওনজবদা ঐনা মুনিদা মনম মুংশিনহল্লু হায়রি। মুনিনা রাহু তঃয়গা থগ্নাল লৈরিক্লম মনম মুংশিরো হায়না বর পিখি। অতাং অতুস্থ মপা মুনিনা অচুম পুজখি। অতাং অতুস্থ পোকপগা রা ভাংবস্থু ওমই। অতাং অতুন ঐওোন্দা হায়রম্বী "ইমা! নতনা য়াম্মা অম্বাবা তারবা মতমদা ঐবু নিংশিংবিয়কউ। ঐহাক শোয়দনা লাক্কুনা ইমাগী অম্বাবা অচু কোকচল্লগনি অস্থুমা হায়রল্লগা মপা মচা চংখি। দ্বৈপায়ন হায়রিবা ঋষি অতুনা অমতা ভাযবা বেদবু শকক মবি থোকন খায়দোকই ঙাযতুনা বেদব্যাস হায়না কৌনখি অতুনা নন্দনবু য়ারবদি মখবু কৌনগা নমাও মুপীশিং অসিদা থাবা অনমমত পীবমউ হায়বা যাগনি। নপা ভিম্ববনা ভীষ্মগা বিচিত্রবীর্য্যগা মচিন মনাও থেক্লে অতগা মমা ভিম্ববনা বেদব্যাসকা বিচিত্রবীর্য্যগা মচিন-মনাও থোক্রে। অতুনা ধর্ম্মগী মবমদস্থু অকারবা লৈত্রে।"

বেদব্যাসকী র তাবদা ভীষ্মগী পুক্লিংদ নুংঙাইবা অমা ফাওরক্লমই। মানা মথুং লোম্নদুনা ইমানা হায়বিরিবা রা অচু ঐস্থ য়াজরে হায়খি। অচুগী মতুংদা সৈত্যবতীনা ধ্যান তৌদুনা বেদব্যাসপু কৌখি। মমা সৈত্যবতীনা কৌবে হায়বা খঙলদুনা শিং-হৈরবা বেদব্যাসনা বেদ পাঠ তৌনা ক্লৌনা থরাইনা উহন খঙতন্দনা মিকুপ অমগী মনুংদা মকম অচুদা থুংহখি।

পোকপদগী অমুক্তা উত্রিবা মচাবু উবদা হরাওনা তরাম তরাম্না মথুং অনি তিংথোক্তুনা মচাবু কোনখি। মচ উবদা অমুক্ত

নংখৰক্তুনা ব্যাসকী হকচাং পুম্নমক পুমচোং চোংখি। বেদ ব্যাসনা মাগী কমণ্ডলুদগী যাওবস্না ঈশিং খরা অতুনা মমাদা থিক্লগা হায়রকাখি—"ধৰ্ম্ম তৎত্ববু মুন্না থতলবা ইম। নঙনা পাণ্ডবা তৌজগে হায়তুনা এহাক লাক্লিবনি ইমাগী অপাম্বা পুরণ হায়বিবে"।

রাজ পুরোহিতশিংনা ব্যাসপু পুজা কৎলম্মী। ব্যাসস্থ পুজা অতু তবাম তবাম্না ওকখি। ব্যাসনা আসন্দা ফমখ্রবা মতুংদা সৈত্যবতীনা হায়খি—"হে ব্রহ্মর্ষি! মহৰ্ষী পৰাশরনা শান্তনুগী বিবাহ কায়দনা নত্তবু ইমাগী গর্ভদা পোকখিবানদো; অতুনা নহক অসে ঐগী ইচা নিপা অতম্নি।" বিচিত্রবীৰ্য্য হাংবদো নঙগী ননাও অতোম্বনি। মপা তিন্নবনা ভীষ্মনা বিচিত্রবীৰ্য্যগী মপাম্বা ওইবগুম মমা তিন্নবনা নঙস্থ বিচিত্রবীৰ্য্যগী ময়াম্বা থোক্লে। ভীষ্মনা রাশকখি হায়তুনা যুম পানবগী রাখল থাদোকনা লৈক্লে। নিংথৌ ওইতুনা লৈবাক ঙাক্কনি হায়বগী ব্রতগনাও লৈত্রে প্রজাশিংবু কুংশিজকবনা মগোংবু ঙাক-শেন্নব অমদি ইচে। অমাং অসিবু কুশিজবদগী এখেযগী বংশ এসি মুতুননা নঙগী মাংলক চাবরা অমদি বিচিত্রবীৰ্য্যগী মতিক চমখাবা অমমম্ভদি ননাও নুপা অনি আসিগী গর্ভদা পীনবিযু। পোক্লকপা অঙাং অদু ভীষ্মনা অতুম যোকচগোগনি।"

ব্যাসনা হায়খি—"ইমা! নংমোশিং অদু চৎলি অমতং আশ্রমদা চতুনা লাইনিংতুনা মখোয়গী হকচাং অদু শেংদোকহনবিখো। অদু ওইরবদি এগী মরুপ দেবতা অমদি ইন্দ্রগা মান্নবা মচ

সৈত্যবতীনা মতুংদা অমুক ব্যাসপু কৌরমক্ট অমত্ত হায়খিরম্মী —"ইবুংঙো ! ঋমিৎ তাংবা মীনা নিংথৌ ওইরবদি কুরু বংশগী মতিক চাবা নিংথৌদি ওইররোই অহুনা মনাও গুপী অম্বালিকা অসিদা থারা অমত্তগা পীবিয়ু ।" ব্যাসনা ফরে হায়দুনা মনাও গুপী অম্বালিকংগা উরখি । ব্যাসনা মশাল থোক্লকুবদা মমানা হংখি অমসুং ব্যাসনা খুমখি—"ইমা ! মপাঙ্গল মথৌনা ফবকীদমক স্বর্গ, মর্ত্ত্য পটাল মরোল অমুম্মক্তা যাওগনি । মগী মাইশুম্মবা মচা মুপা মঙা পোকনি । মচুদি মমাগী দোষনা তাইফেং তাইনা ঙৌগনি । মাগী মমিংনা পাণ্ডু কৌগনি । সৈত্যবতীনা অমুক হায়রকখি - "ইবুংঙো ! মনাও গুপী অহন অসিদা অমুক থাবা অমত্তগা পীনবীবমউ ।" মমাগী রা তারগা ব্যাসনা খুমখি — ফরে ইমা ! ঐহাক মতম থরা লৈরগা অমুক লাকচগে হংয়রম্লগ চংখি ।

থরা লৈরগা অম্বালিকাগী গর্ভদগী অমাং অমা পোকখি । অঙাং অদুগী মচুনা পাণ্ডুবর্ণ ওইরমক্ট অঙাং অদু রূপ গুন রারা চংথোক্লবা নিংথৌগী লক্ষণ অমদি থুদম পুম্মক্তা তিম্লবা মাগী মঙাল মশেক্লা পুমঙাল তাম্লবা অতুংখা অঙাং অমা ওইবমক্ট ।

মতম থরা লৈরগা ঋতু কাল ওইরবা মমৌ অহন অম্বিকাবু ব্যাসকী মনাক্তা চংউ হায়খি মমৌ গুপীনা মাগী রা অদু লৌখিদে । মানা মাগী মীনাই মশক মতৌ কজরবী অদুবু কজনা ফিজেৎ লৈতেংবীরদুনা ব্যাসকী মনাক্তা থাখি । বেদব্যাসনা চংলকপাদা মীনাই নুপী অদুনা চংশিন্দুনা থুরুমলমই ।

তরাম তরাম্না ওকখি। চিম্বাল থোংগী ‘ নুংশি-মুংঙলবা মতৌ উত্তুনা য়াম্না নিংথিজনা সেবা তৌখি। হকচাংগী কয়াৎ পুম্নমক নোয়বগুন ব্যাসপু পেলহলখি অমসুং পুক্নি’ মকা লাম্না নুংশিবা উংখি অমসুং উন্নখি। বেদব্যাসন চংলংদাইদা মীনাই নুপী অহুদা হায়খি “নঙ ঙুসিদগী কুরুবংশগী মৌ ওইরবনি। ঐগী থৌজান্দগী নহাক মীনাই ওইরবোইদবনি। ‘অফবা লক্ষন পুম্নমক্না থল্লবা কনাগুম্বা অথোইবা মহাপুরুষ অমা নঙগী গর্ভদা চংখ্রবনি। মহাক অসি অশিংবা, জ্ঞান য়াম্না লৈবা অমা ওইরগনি। মমিংনা বিদুর হায়না জগৎতা ফাওখি অমসুং ধৃতরাষ্ট্র অমসুং পাণ্ডুগী মনাওনি হায়না খংনখি। মহাত্মা মান্দবা মুনিগী শাপ্তগী ধর্ম্ম মশামক লাক্লুনা মীনাই নুপী অহুগী গর্ভদা রাজনীতি হৈরবা ধর্ম্ম চেল্লবা, অপাম্বা, অশাউবা লৈত্রবা বিদুরগী মশক মমিং লৌহুনা পোকখিবনি। মতৌ অসুম্না বেদব্যসনা ধর্ম্মগী মফমদা লমন তোল্লমদনা গর্ভ পুহৌবগী ব্রা পুম্নমক অমাদি মমৌ নুপীগী নমথাক লৌনম পুম্নমক মমাদা তম্নমলগা থুনা য়াংনা মফম অহুদগী অন্তরধ্যান ফংখি। মতৌ অসুম্না বেদব্যসকী ঔরসতগী ধৃতরাষ্ট্র, পাণ্ডু অমসুং বিদুর পোকখি।

## ৬ শুরা শরুক

# কৌরব অমসুং পান্দব

কুরু বংশতা ধৃতরাষ্ট্র, পাণ্ডু অমসুং বিদুর কৌবা ধারা অহুম বেদব্যাসগী ঔরসতকী বিচিত্রবীর্য ক্ষেত্রদা মথং মথং পোকখি। ধৃতরাষ্ট্রনা খ্বাইদগী অহন ওইরবসু পোকপদগী মমিৎ অনিমক তাংজকপনা মসাগী মুপা পাণ্ডুনা নিংথৌ ওইখি। পাণ্ডু নিংথৌ মপাঙ্গল মথৌনা য়াম্না লৈবা, তৈশিংবা মবুদ্ধি মরোশিং যাম্ন লৈবা অমবা নিংথৌ অমা ওইরমই। মনা মশা মথন্তগী মপাঙ্গল মথৌনানা লৈবাক কয়ামরুম জয় তৌখি। ধৃতরাষ্ট্রনা গন্ধর্বী গন্ধর্ব শাগৈদা পোক্লবসু ধর্ম চেনবা, লাই যাম্না নিংবা অমসুং মুনি ঋষিশিংগী সেবা তৌবদা মথৱাই য়াম্না যাওব মু॥ অমা ওইরম্মী। দুর্ব্বাষা মুনিনা পেল্লদুনা মাবু মচ মুপা চাম্ম পোকচৌ হায়না বর পীখি। মতুগী মতুং ইন্না গন্ধারীনা দুর্যোধোন, দুশাসনচিংবা মচা চাম্ম পোকখি। কুরু বংশতা পোকই হায়রদুনা মখোযবু কৌরব হায়না কৌনখি। পাণ্ডু নিংথৌগী কুন্তি অমসুং মাদ্রি কৌবা মহারানী অনি লৈরমঃ। কুন্তি কৌবী রানী অসিসু লাই য়াম্না নিংবী থাংবা কনবী, মুনি ঋষিশিংগী সেবাদা মথৱাই লুপ্পী, ধর্ম চেনবী অমা। দুর্ব্বষা মুনিনা গন্ধারীদা মচা চাম্ম পোকচৌ হায়না বর পীখিবা মতাং অদুদা কুন্তিদসু চাম্মবু ওন্না মচা মুপা মঙা পোকচৌ হায়না বর পীখি।

পাণ্ডু নিংথৌনা লৈবাক কয়ামরুম জয় তৌরবা মতুংদা মাগী পরিবারগা লোয়ননা মতম অয়াম্বা বন্দা মৃগয়া চত্তুনা লৈখি। নোংমা পাণ্ডু নিংথৌন শক্তি অমোম অমগা শক্তি লাব অমগগী মশক লৌতুনা শান্নরম্বা মুনি অমগী তেলনা থাত্নুনা হাংলুবদগী মুনি অত্নুনা শাপ তৌখি। শাপ অত্নুনা পাণ্ডুনা মমিস্তা মচা অমত্তা উবা ফংলয়েদ্রই হায়না য়াম্না য়াখি অমস্তুং মপুস্নি চুপ্পা মুপী নহাগা লোয়ননা শান্নবা তোকপা তাখি।

মতম অত্নদা পাণ্ডু নিংথৌনা কুন্তি অমস্তুং মাদ্রি অনিদা মুনিশিংদগী আকর্ষন মন্ত্র তম্লগা যম (ধর্ম্ম), বায়ু ইন্দ্র অমস্তুং অশ্বিনী কুমার অনিবু আকর্ষন তৌ হায়না য়াথং পীরমই। তৌই-গুম্বশুং কুন্তিদি মমাংদৈদা মানা যুবোতি ওইরিদৈদা মুনিগী সেবা ফজনা তৌবদগী মুনিনা পেল্লত্নুনা মাঙোন্দা আকর্ষন মন্ত্র তম্বীখি। মানা নোংমা লৈশারিদৈদা মুমিৎ কোবা দেবতাবু আকর্ষন তৌত্নুনা শান্নরুবদা মনাকোংদা অঙাং অমা পোকখি। কুন্তিনা সমাজবু ইকাইবনা কনাম্ব উত্রিদৈদা কোরী চফুদা অঙাং অত্ন ফাপচিল্লগা তুরেল্দা তাওথত্নখি। অঙাং অত্ন অধিরথ কৌবা শাথৌবা অমনা খন্দুনা কর্ণ কৌ হায়না স্বর্গদগী আকাশবানী লাওথরকপদগী অঙাং অত্নগী মমিং কর্ণ হায়না থোনখি। কুন্তিনা পাণ্ডুগী য়াথং ফংলত্নুনা মাগী হান্নগী লোত্তুনা থমগ্রবা মন্ত্র অত্ন শিজিন্নখি। কুন্তিনা অহানবা ধর্ম্মদা আকর্ষন তৌত্নুনা যুধিষ্ঠির পোকখি। মতুংদা গন্ধারীনা দুর্যোধন পোকপা তুমিস্তা কুন্তিস্তু বায়ুদা আকর্ষন তৌত্নুনা ভীম পোকখি। মতুংদা অমুক ইন্দ্রবু আকর্ষন তৌত্নুনা অর্জ্জুন পোকখি।

কুন্তিনা মাদ্রিদন্ন মন্ত্র অহু তাকপিহুনা মাদ্রিন। অশ্বিনী কুমার অনিবু আকর্ষন তৌহুনা সহদেব অমসুং নোকুল কৌনা লাইশুম্না ফজরবা মচান্নুপা অনি পোকখি। পাণ্ডুগী মচানি হাহুনা মখোয় মচিন মনাও মঙাবু পাণ্ডব হায়না কৌখি। পাণ্ডবশিং অহু বন্দা মুনি ঋষি মচাশিংগা শান্নহুনা বন্দা অহুম লৈখি। নোংমা পাণ্ডু নিংথৌনা নোঙ্গাগ্রগে খন্দুনা কুন্তিদা মচা মঙা অহু শিন্নরম্লগা মাদ্রিগা লোয়নননা শান্নখি অমসুং খুদক অহুমক্তদা পাণ্ডু অমসুং মাদ্রি অনিমক নোঙ্গাখি। কুন্তি অমসুং পাণ্ডবশিং অহু মুনিগী শেংলবা তপোবন্দা আশ্রমদা মুনি মচাশিংগা লোয়নন। অহুম লৈখি। মুনিশিং অহুনশু মখোয়বু য়াম্না চান্না অমসুং লুনা য়োক্লমই।

নোংমা মুনিশিংনা ব্রহ্মচারী ওইবিনা জটা পুবিবা, শঙং শাদা ফজরবা পাণ্ডুগী মচাশিং অহু কোন্নুংদা পুবক্তুনা ভীষ্ম, ধৃতরাষ্ট্র অমসুং চাম্মগী অহন দুর্যোধনচিংবদা শিন্নরমকই। পাণ্ডুগা মচা মঙা অহুনা কোন্নুংদা হেক চংলকপদা আকাশতগী লৈগী নোং চুথবকখি অমসুং সুংশিরবা মনম লাকখি। মোইবুং, দুন্দুভিগী খোঞ্জেল তাবা ফংখি। পাণ্ডুগী মচাশিং অহুনা কোন্নুংদা হেক চংলকপদা প্রজা পুম্নমক নুংঙাইনখি। ধৃতরাষ্ট্রনা কৌরব অমসুং পাণ্ডব অনিবু চপমান্নন। লুনা চান্না তৌখি অমসুং ইচা মীচা খায়দনা চপ মান্ননা লুনা য়োকখি।

পাণ্ডু নিংথৌ শিবা মতমদা কৌরব অমসুং পাণ্ডব অনিমক য়াম্না অঙাং ওইরমই। মরম অহুনা ধৃতরাষ্ট্রনা মতম খরা নিংথৌ ওইরমই। ধৃতরাষ্ট্রনাশিংনা, ধর্ম্ম চুম্না, কনানম্ন খুহুম চনবিবা

লৈতনা লেবাক ওাক্লমই। মানা ভীষ্মগী পাউতাক মতুং ইন্না মচিন মনাও শাম্মগা মওাবু গুরু দ্রোনদা লমচৎ, জ্ঞান, ধর্ম্ম অমসুং লালগী থৃংলাইনচিংবা পুন্নমক তমহলখি। ধৃষ্টরাষ্ট্রনা নিংথৌ ওইজরবস্থ ভীষ্ম মপা, মপুগী মরৈবাকপু মাংদনবা ওক শেন্দূনা লৈরই।

মতমগী মতুং ইন্না পাণ্ডবশিং অহু অস্সুম অস্সুন চাউখৎলক্লমই অমসুং মপাঙ্গল মথৌনাস্থ অস্সুম অস্সুম হেনগৎলক্লমই। যুধিষ্ঠিরনা মীনুংশি ওওবা অমসুং অচুম্বা চৎপগীদমক মমিং চৎলমই। ভীম্না মপাঙ্গল কনবা অমসুং গদাদা হৈাশিংবগীদমক ফাওরম্মী। অর্জ্জুন্না তেন কাপ্পদা পৃথিবীদা থ্বাইদগী হেনবা ওইখি সহদেব অমসুং নোকুলদি ময়াম্বা অতৈগুম্নদি ফাওরমদে হায়ববু লালদা য়াম্না হৈশিংবা অমদি ময়াম্বা অহন্না হায়বা ইনবা অমসুং নোমুকপগী গুন য়াম্না লৈরমই।

ধৃতরাষ্ট্রনা মনাও নুপাগী মচাশিং অহুনা অস্সুম অস্সুম চাউখৎলকপা উবদা য়াম্না নুংঙাইজরম্মী। তৌইগুম্বসুং মহুগী ওন্ন-তৈনবদা মচা নুপা দুর্য্যোধন্না পাণ্ডবশিং অহুগী চাউখৎলকপা উবদা কলকপা অমদি মীহৌবনা অচৌবা লাঙ্গাও অমা থোকখি। মতুবু কুরুক্ষেত্রগী লাল হায়না খঙনখি। ভারতকী নিংথৌ অয়াম্বা লাল অহুদা য়াওদুনা লোইনা শিখি।

## ৭ শুবা শরুক

# হস্তীনাপুরদা খুৎলাই চাংয়েং তৌবা

ব্রাহ্মন দ্রোনাচার্যনা কৌরব অমসুং পাণ্ডব মচিন মনাও চামগা মওাবু খুৎলাই তম্বীবা লোয়রবা মতুং মখোযবু অ'চৌবা কুম্মৈ অমা তৌহুনা মীয়াম মনাংদা উৎনিংলমই। মরম অদুনা দ্রোননা ভীষ্ম, ধৃতরাষ্ট্র অমদি কুরুগী অচৌ-অশাং অমসুং মপী, অওাং পুম্নমক্না অচৌবা কুম্মৈ অমা তৌগদৌরি হায়না লাওথোক্রমই।

নিংথৌরেল ধৃতরাষ্ট্রবু সনা অমসুং মনিমক্তানা হুৎলবা সিংহাসনদা খ্বাইগী মমাং থানা ফমহল্লবা থৌবা তৌখি অদুগী মতুংদা ভীষ্মনচিংবা কুরুগী অচৌ অচৌবশিংবু মাগী মাগা ফমফমদা মগুন মগুনগী মতুং ইন্না পরেং পরেং ফমহল্লবা শিনখি। দ্রোননা শিল্লাবা পুম্নমক লোয়রবা মতুং অদুদা লাওথোক্লম্মী মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রগী মচা চাম্মা অমসুং পাণ্ডুগী মচা লাইগুম্বা মওাবু ঐঙোন্দা শিল্লবিবা অদু ঐনা মখোয়বু পৃথিবীদা হেনশিংবা অমা ওইহোনবা তম্বীবা অদু লোয়জরে। ঐনা হৌজিক মখোয়গী চাংয়েং অমা উৎচগদৌবিবা অসিদা ফৈ ফত্তে হায়বদু য়েংবিয়ু। এনা মখোয়বু তেনগা মরম, থাং তাগী মরম পুম্নমক তম্বীহুনা লোয়জবে। মখোয় হৌজিক পৃথিবীগী মনুংদা ওঝা অমা ওইবা য়াবগী থাক্তা লৈবে। মখোয়গী ফৈ ফত্তে অমদি অফ ফত্ত পুম্নমক য়েংবিরো। হৌজিক কুম্মৈ হৌবিরে।

ধৃতরাষ্ট্রনা পাউখুম পীরক্লমই— মুনিদেব ঐহাক্তি ইমিং তাঙই। অফ ফত্ত পুম্বা উবা ওস্বা নত্তে। ঐগী লৈবাক্কী অওম্বশিংনা কৈ ফত্তে হায়নবদু বিদুরবু লাওথোকহল্লগনি।"

কুন্মৈ তৌগনি হায়বগী পাউ অদু অরাপ্পা অনকপা পুন্নমক্তা শন্দোক্লমই। কুন্মৈ তৌগদৌবিবা মফম অদু উ, বা হৌদবা ওইরম্মী। লমপাক অদুগী অকোয়বদা ইকে'য় কোয়না অনেম্বা গেলেরী থারমই। অরাকপা মীশিংনা গেলেবী অদুদা ফনল্লহমই। নিংথৌগী-কুপী অভাংশি' গন্ধারী, কুন্টিনচিংবা পুন্নমক্তীস্থ তোঁভানবা ফমফম শেম্লমই। মতৌ অম্মুন্না শিল্লাংবা পুম্বা লোয়রবা মতুং অদুদা কুন্মৈ অদু হুমিং খুংবা মহং পুং অমা তাবদা হৌখি।

দ্রোননা মখুং থাঙ্গত্তুনা ময়াম পুন্নমক ইংনা চিক্লা লৈখিরো হাযনা লাওথোক্লমই। নিংথৌমচাশিং অদু চংশিল্লক্লমই অমম্ভুং তেন কাপ্পা হোরক্লমই। মখোয়না খোঙনা লেপ্তুনা তাক্লিবা তাবগেট অদু য়েনবা কাপখি। মখোয়না য়াংনা চেল্লিবা শগোল মথক্তা অমুক্কা তপ্পা চৎলিবা শামু মথক্তা, অমুক্কা কু'শিংক্তা মাক্লনা য়াংনা থৌরিবা বথ দোলাই মথক্তা অনকপদা ঙবাপ্পদা ময়ায়দা পীরিবা তাগেট পম্ব ংকম অদু য়েনা য়েনা কাপ্পমই। মগ'দা অমুক খুৎলাইন টক্ক টুঙ লৈদুনা থম্লবা অশাব' টচেক অদুগা থুংলাইনা য়াংনা চেলহল্লিবা অশাবা শাশিং কাপ্পমই। মখোয়না তৌথোক্লকপা এম পুম্নমক উবদা মীয়াম্না ফজ্জৈ ফজ্জৈ হায়না লাওনরকপনা মাইকৈ মরিমক পুমনিল নিল্লমই মখোয়বু থাগত্তবা কনা অমত্তা হাওবমদে।

মথংদা অমুক থাংগা চুঙ্গোয়গা পায়চুনা থাং হাইবশিং থোক্লমই। মখোয়না অমগা অমগা মখোণ্ডনা অমুক হাইনরনই অদুগা শগোল মথক্তা অমুক হাইরম্মী। মখোয়না ,তৌ করম থাংনা থিনগদগে অমম্তুং থবোম্বী শেংতুনবা তাংোম্না লাম্বা তৌনরিবা অদুগী থাং অদু কমদৌনা ভাকথোক্কদগে লাতুগা নুংশিঞা উক উক লৈতুনা লৈবিবা চক্রবু কমদৌনা ককথেৎদগে অমংং মৈনা ইকোয় কোযনা চাক্লিবা মৈবু কমদোনা মুৎথংকদগে হাম্বং বনচিংবা পুম্নমক উৎলমই। মীযাম্না ফজৈ, ফজৈ মখোয়সি নিংথৌ শোয়দনা ওইরগনি হায়বগী থোম্বোক্তা পুমনিল নিল্লমই।

তেন কাপ্পা থাং হাইবগী মথংদা থাংশাং হাইনবা অমুক উৎলমই। মথংদা থাং লংবগী অমুক উৎখি। অকোয়বদা শগোল অমশুং লালগী দোলাই থোবদা যাংবা তান্নরমই। চাংযেং অদু মক ওইনা পাণ্ডবশিংগীদমক তৌবশুম থোক্লমই। সহদেবনা থাং হাইবদা মানা ইহেন হেল্লমই। নোকুলনা লালগী দোলাই থোবদা ভীমনা মপাঙ্গল কনবদা আর্জ্জুন তেন কাপপদা অশুম্না মখোয়না লোয়না হেল্লমই। মতৌ অশুম্না দ্রোননা নিংথৌ মচাশিংবু ফজনা তম্বী হায়বা উৎলবা মতুংদা মানা আর্জ্জুনগী হৈশিংবা অদু অমুক উৎনিংলচুনা আর্জ্জুনবু কৌথোক্লমই আর্জ্জুনা লীকং পায়বদা, লিবি চিংবদা, তেজৈ ফিট তৌবদা এমদা, নোংশান্দা মাশুম্না হৈশিংবা পৃথিবীগী মন্নুংদা কনা অমতা য়াওরমদে। থুংকাপ অমুক্তা তেজৈ চাম্বা কাপপা ভমই অমশুং ক্রোর ক্রোর হাংপা ভমই। মানা তেন কাপপদা মী পুম্নমক মনা পংলনই

অমম্লুং আতিয়' ঃমশিনহুনা সুমিংকী মতাম উবা কংখিদে। মী পুন্নমক পুমণক ঙম্লমই। মী পুন্নমক্ল' আর্জুন! অর্জ্জুন। নওগুম্বা মী অমত পৃথিবীদা লৈত্রে লৈত্রে হায়না লাওনরম্লমই। মথংদা ভীমগা দুর্যোধনগা গদ হাইনবা অমুক উৎলমই।

ভীমগা দুর্যোধনগা মখোয় অনি অসিদি গদাদা কৈনবা দ্রোনগী শিষ্য ওইরমই। ভীম্না মপালল কনবা চেল্লি অহুগা দুর্যোধন্না মশা তনাপ তনাপই। মখোয় অনিমক নোংমতা পোকমিন্নবা লাম্বা কৌনবা য়াবা ওজনি। দ্রোনন্না মখোয় অনিবু কৌথোক্লমই। কুমৈ অহু লমপাক অহুগী মীয়ামদা তৌরমই। কুমৈ অহু কুমৈ ওইখিত্রে; লাল ওইনা থোকখিরমই মখোয় অনিগী পালা য়ৈনবা অহু লোয়রবা খম্বা নায়খিত্রে। অন্নম অন্নম কল্লা কল্লা কুমনরক-পনা লৈপাক অহু উকুল ত্রং ত্রং তৌরমই অমত্তং অতিয়া পুম্বা লৈচিনগুম মমখি। মনাকোং, মনাক্তোল কৈনা ওয়ো ওয়ো চেহ্-নরম্লবা কাওবা লোয়্নরা নায়খিরে। দ্রোনন্না কল্লা কাপত্তে ঙমখিরে। মমৈদা দ্রোনন্না মচানুপা কৌথোক্লবা থাবহনবি দ্রোনগী মচা নুপা অশ্বত্থামানা মখোয় অনিগী ময়ামদা কন চোংশিন্নুনা থংলগা থামলম্মী। কুমৈ অহু অ্যায়বা ওইরমই।

অহুমদি ওইরবদা দুর্যোধন্না পাণ্ডব মচিন মনাওনা চেনখ্রে হায়বগী থোইরাংবা অমদি আর্জ্জুনবু পৃথিবীদা থ্বাইদগী চেন্না তেন কাপ্পা হৈ হায়নখিবা অতুদা কন্নকপা অমদি মিহোৎবনা মবম মাগী মরূপ কর্ণবু আর্জ্জুনগা অমুক্তা তেন কাপহনবিয়ু হায়না

...ন। লম্ব অমা হাপ্ন ...লম্মী। মে চাকখৎনল্লবদা মখোঁথি পুম্মনক শুকং অহৌদ সোন্না পোকখিত্রনা চেনখিবনি। অমসুং পাঙ্গাল শানবা ভীষ্মন্তা মত্তৌ লেনদি। মতৌ অশুম তৌনা মখোয়না ভীষ্মা নিংথিনা যেক্থাং চৎলকপদা এংচক্র বৌবা থুঙ্গং অনদা লাইংবা ঙাম্বা অমগী মায়মদা ন...খবা ভীষ্মগী ব্রাহ্মণ শাক্তনা লনমই।

## ৮ শুবা শরুক
## দ্রৌপদি স্বয়ম্বর

মতম অমদা পঞ্চাল লৈবাক্তা দ্রুপদনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই। মাগী মচানুপী দ্রৌপদিবু স্বয়ম্বর তৌগনি হায়না পৃথিবীগী লৈবাক খুদিংমক্তা লাওথোকখি, মরমদি মপুক্নিংদা দ্রৌপদিবু অর্জুনদা পীনিংলমই। অর্জুন হায়বসি লৈবাক থৌবা, তেন কাপ্পদা পৃথিবীদা খুদিংগী হৈবা হায়না মানা তাবমই। জৌইগৃহসুং পাণ্ডবশিং অমত মফম কদাইদা লৈরবগে হায়বা কনা অমতা খঙ্দ্রমদে। খবরনা চাগী মুন নৈ থাবদা মৈনা চাক্তুনা শিখ্রবনি হায়না থাজনবমই। দ্রুপদ নিংথৌনদি থাজবমদে। মচি অমদা লোক্তুনা লৈবমগনি খল্লম্মী। মরম অদুনা পৃথিবীগী লৈবাক খুদিংদা স্বয়ম্বরগী পাউ শন্দোক্লমই।

সয়ম্বরগী পাউ অসি পাণ্ডৱশিংদি তারমদে। শ্রীকৃষ্ণন নোঁংক থংদবা কোয়চং চংপা সৈন্যাসি অমা শাহনা স্বয়ম্বরগী পত্র অহু তাক্লমই।

পাণ্ডৱশিংনা স্বয়ম্বর অদুগী মওং অহু য়ম্না য়েংনি লম্মী মৱম অদুনা মখোয়না একচক্র খুলং অহু থাদোক্লম্লগা মমা কুন্তিগ লোয়নননা নোংচুপলোমদা য়াম্না থাম্না কমপিল্য। সহর সহর তাম্না লাক্লমই অমম্লুং লাইরবা চয়ু শ,বা তাগব কোবা অমগী ময়ুমদা অহিং লেক্লম্মী। মখোয়না লাকপদা লবীদা ফজনা শেং-চাররবা নিংথৌ. নিংথৌমচাশিং শগোল, শাম্মু, দোলাইনচিংবা তোংহনা লাক্লবা কয়ামকম থেংনয়মই। অদুগা ব্রাহ্মণ কাংবু অমনা স্বয়ম্বর অহু য়েংনবা অমত্তুং অচা-অথক কংনবা লাকপা ব্রাহ্মণ কাংবু অমদা পাণ্ডৱশিংবু মখোয়গী মতুংইন্নুনা তৌকারী শাহনা চংলম্মী।

দ্রুপদ নিংথৌনা স্বয়ম্বর অদুনা থুংহনবী য়েম্না তেন কাপপা হৈবা মীগী চাংয়েং ওইনা থোম্নাং তৌখি। দ্রুপদ নিংথৌনা কনা অমত্তুনা থাজংপা, চিংয়া শুমদরা খৌরু অমা থমখি। অদুগী মথক্তা লৈপাক্লা শাবা ফজনা য়ং তৌরবা ওা অমা থমখি। ওা অদুগী মথাদা ময়ায়দা মথুল থজিক্তুং হুৎপা চক্র অমা উক্ক উক লৈহনা থম্মই। অদুগা মথাদা ঈশিং থমহনা মমি তাহনখিক্লম্মী। মতৌ অওম্মা শেম শাবা লোয়রুরা মতুংদা দ্রুপদ নিংথৌনা দ্রৌপদিবু অর্জুনদা লৈ হকচবা ওইহনবিয়ু হায়না লাই নিংলম্মী।

মতুংদা দ্রুপদ নিংথৌনা লাউথে কখি - "লেংবিরকলিবা নিংথৌ, নিংথৌমচাশিং, অঙম অথৌশিং পুন্নমক্কী মফমদা এৌনা হায়জরি মচুদ লৈরুং অসি চি চুনা মথক্তগী ঙা অসিগী মমিত্তা কাপ্লিবা ঙম্বা মীদা দ্রৌপদিবু মনা ওইনা কংসগনি।"

অশুম্না লাওথোক্লবা মতুংদা কল্ল কল্লবা নিংথৌশিং, নিংথৌমচাশিং চাংয়েং তৌনরকপদা কনা অমতম্বু ইঙ্কি অমা ফাওবা থাঙ্গৎপা ঙম্লমদে। কুরুগী কৌরবশিং, কলিঙ্গা, বিদেহ অমস্তুং ভাগানাচিংবগী নিংথৌশিং চাংয়েং তৌবদা কনা অমতম্বু ঙম্লখিদ্রে। মতুংদা কল্লবা চেদিসকী নিংথৌ শিশুপালদি খজিক্তং থাঙ্গৎপদা মমাঙদা হুমাংনা পুমচোং চোংখি। যরাসন্ধ, সল্য্যা অমস্তুং কর্ন ফাওবদি খর কখি। কন্না কাপ্লবা হোৎনবদা মপাঙ্গল লোইখ্রে। কাপ্লদি ঙমখিদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ব্রাহ্মনশিংগী মরক্তগী খরা নহা ওইবা অমা লৈখোম লৈনাং তৈবা, হৱাঙ র ওবা চাক্লিবা মানবা অমনা ফমফমদগী হৌগৎলগা হেন অতুগী ময়ায়দা থল্লিবা লৈরুং অতুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা লৈকং অতু তাপ পায়খৎলগ মমায় লৈথোক্লগা খোঙফম হঞ্জিন্দুনা ঈশিংদা তাবা মমি অতু য়েংচুনা তেঞ্জে মঙানা কাপ্লমই। ঙা অতু মমিত্তা তেঞ্জে অমা য়ুংচুনা মঙক্কা মশাগা তোঙান তোঙানা তাতুনা লৈপাক্তা তারক্লমই। দ্রুপদ নিংথৌ অমস্তুং মবুং ধৃষ্টদ্যুমনগা লোয়ননা দ্রৌপদি অতু চংশিল্লক্তুনা ব্রাহ্মন অতুদা বর মালা হুক্লমই। হোলচুগী মাইকৈ মরিদগী পেন্দবগী খোল্লাওনা লাওনরক্লমই। মখোয়না দ্রুপদ নিংথৌনা মখোয়বু মমায়দা লৈখোম তৈশিলগে থৌরাংবনি

হায়না শাউথুনা ফুক ফুক চৌগত্তুনা থোকপ্রগা ব্রাহ্মণশিং অহৌ ঙাইহনা লৈখি।

পাণ্ডবশিং অহুনা অতৈনঃ ওমদবা থবক মথোয়না ওনলে, মায়পাক্কে থন্নুনা হয়াওনা যুধিষ্ঠিরনা মাং থ। দ্রৌপদিনা মথংদা অহুদগী ভীম, অর্জ্জুন, সহদেব অমসুং নোকুলনা তুংথ-মাংথ মথং মনাও কায়দনা পরেং শানা থোক্লমই। তৌইগুম্বসুং হোলগী মপান্দদি ক্ষেত্রি মচাশিং অহুনা ঙায়হনা লৈরমই অমসুং মথোয়দা থংনবা হৌরমই। মতৌ অসুম তৌন, ভীমগা অর্জ্জুনগনা নাকল অমদা ক্ষেত্রি মচাশিং অহুনা নাকল অমদা নাকপাক নাকপাক তানা ফুনরমই। কর্ণনা মথরাই থুবাক্তা হ গুলনা স্বব থবেং থবেং হোন্দুনা ক্ষেত্রিয়া ব্রাহ্মণলা মথম মবাং থওদনা পংফুন্দা ফুনরমই। মথংদা ভীমগা শালগা অকিবা কংনা ফুনরমই। ভীম্মা শাল্যাগী মথোঙ্ মখুৎ পুনশিল্লগা উনক্তা অমদা মনাতোন য়েংশিল্লমই অহুপা মথক্তা থেংক থাগংন্দুনা উক্ল উক্ল লৈদুনা মকোক ঙাওহল্লগা লৈপাক্তা পোপ লাওনা লংথরমই; দ্রুপদ নিংথৌনা মরুপ-মপাং থরগা, শাগৈ নাতৈ থরগা বাসুদেবগা লোয়নবা থোক্লক্কনা য়াম্মা তপ্পা, অথোংপা য়াহৈনা থেমজিল্লমই। পুন্নমক নোমথয়মই। তাল্লক অহুবা যুধিষ্ঠিরনা লমজিংহুনা কনাসু খুড়হৌদনা সক্লবগী রাংথনা চংখিরমই। দ্রুপদ অমসুং শাগৈনাতৈ থরস্ত মথোয়গী ফুংইখি।

পাণ্ডবশিং অহুনা মথোয়গী লৈকল চকু শাকল অহুনা চংলক্লমই। মথোয়না হয়াওনা মমাদা হায়রমই - "ইমা! ঐথোয়ন

ঙসি অঙকপা ভীষ্মা অমম্লং লল-থুম ফংলকই, থৌরক্তুনা য়েংউলাও।" মমা কুন্তিনা উদি উদনা মহৌশাগুম ইমুংদগী ভীষ্মা অহু নখোয় মঙা য়েন্নহুনা হুংঙাইমিন্নৌ হায়না লাওরক্লম্মী। মিকুপ অমগী মনুংদা মহাক থোক্লমই। ভীষ্মা অহু ফজরবা কন্যা অমা ওইরমই। কন্যা অহুবু কমদোনা মী মঙা য়েন্নগদৌরিবনো হায়না খলবদা মমাস্তু মচাস্ত্র জ্ঞান মাংলমই। ঙাহাক লৈরগা বাসুদেবগা ব্যাসমুনিগা লাক্তুনা হায়খি – "দ্রৌপদিগী মরায়বক্তা তমগ্রবনি, দ্রৌপদি অসি নখোয় মঙাগী কন্যা ওইবা তারে। মহুগী খঙনবা খুদমদি নখোয়গী খোউপ অহু মপান্দা হেক হেক থন্নমঙু। মহুদা করিগুম্বদা কনাগুম্বনা শোয়রবদি মশানা খঙনা চহি তরানিথোই বন চৎকদবনি" অমুম্না হায়রম্নগা হনখি।

অহুগী মতুংদা কুন্তিনা মমৌ অহুবু হন্নগুনা কৌশিক্লমই অমম্লং লাক্লিবা অহুন-লমনশিং অহুগা থুরুম দ্বৈপায়নহুনা বন-নচিংবা পীনরম্নগা হনখি।

# ৯শুবা শরুক

## পাণ্ডবশিংনা চাউখৎলকপ, মখোয়না খাণ্ডপ্রেষ্টাদা থুন্দাবা অনসুং সহর শেমগৎপা।

দ্রৌপদি লুহোংলবা মতুং অতুদা ভীষ্ম অমসুং কুরুগী অহন লমন পুন্নমক্না ধৃতরাষ্ট্র অমসুং দুর্যোধনদা পাণ্ডবশিংবু কৌশিন্নবা অমসুং মখোয়গী লম খরা পীতুনা নিংথৌ ওইহন্নবা হায়রমই। অতুগী মতুংইন্না ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডবশিংবু কৌশিনবা অমসুং মাগী পাক চাউববা লৈবাক অতু শরুক অনি থোক্না যেনথোকখি। ফত্তবা মন্ত্রি কর্ণ অমসুং শকুনিস্থ ঙমিন্না লৈখি। হস্তীনাপুরগী খা নোংপোক পাংবদা লৈবা খাণ্ডপ্রেষ্ট হায়ব। লম অতুদগী খা পাংবদা লৈবা খাণ্ডব বন কাওবা পাণ্ডবশিংগী লম ওইবমই। লম অতু মী তাদবা, মফম মফম খুদিংদা চীং, লবুক অমসুং জঙ্গলনা থন্না লৈবা মফমনি। পাণ্ডবশিং অতুদি নোম্বা কনবা অমদি হৈশিংবনা লম অতু অচৌবা সহর অমা শেমগৎখি। লৈহাও চেনবা লম ওইনা পোৎথোক চাথোক মরাং কায়না কংখি। লম্লোলবা মী থমতুনা কারবার তৌহল্লি। মযুম মকৈ ফজনা শাতুনা লৈখি। মহৌশা জঙ্গল ওইরম্বা লম অতু লৈকোলগুম নিংথিজখি।

অচুম্বা পাম্বা অমসুং লাম্বেংনবা পাম্বা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনগা মরুপ শম্নরম্মী অমসুং মরিমতা ওইনবা হোৎনখি। মতম অতুদা কৃষ্ণদি মপা বাসুদেব লৈবনা নিংথৌ ওইরমদে। মপা শিরবা

মতুংদা মানা নিংথৌ ওইখি। বাসুদেবগী মচানি হায়ছুনা পাণ্ডবশিংমা শ্রীকৃষ্ণবু খান্নুংকনা হায়মা থক্কৈ। কৃষ্ণনা আর্জ্জুনগা অংকেংগা মরি খয়দা মচমচুগী সুভদ্রাবু আর্জ্জুন্দা পীখি। আর্জ্জুনগ কৃষ্ণবু থাক্কা চায়নই। মতম পুম্বা পাণ্ডবশিংনা মাগী মবা দৌছুনা লৈবাক তাক্লম্মী।

পাণ্ডবশিংগী মতিক মগুণ অঙ্গুম হৌদগংলক্লম্মী। মখোয়না লৈবাক কম্মা কয়া জয় তৌছুনা মমল য়াম্বা পোংচৈ য়াম্বা ফংখি অমসুং মখোয়গী মখাদা লৈবাক কয়ামকম লৈখি। মতৌ অপুম্বা পাণ্ডবশিংমা মখোয়গী লৈবাক পাকচাউনা শন্দোকখি। মী পুম্নমক্না মখোয়বু লাইনি হায়নৈ অমসুং মখোয়বু পুক্নিংশিখি।

## ১০শুবা শরুক
## খান্দব বন মৈ থাবা

পাণ্ডবশিংনা খান্দাপ্রস্থাদা খুন্দাবকপা মতম অহুদা মৈগী লাই আগ্নি য়াম্না কম্না নাবম্মী। ব্রাহ্মনশিংনা যজ্ঞ তৌরমই। যজ্ঞা অহুদা কংপা ঘি, থাও শঙ্গোম, মপল, অফম্বনচিংবা যাম্না চারমই। অথুম-অহাও য়াম্না চাবা অহুদা আগ্নিনা মচিন নুংঙাইরক্তুনা হেন্না কনবা, মহি থোকপা মৈনা হেক শোকপদা চাকদবা মপঙ ওইবা পোৎ চানীংলম্মী। মরম অহুনা মানা চানিংবা পোৎ শুনা য়াওবা খান্দব বন অহু লোইনা চানিংবনা

লাংজরম্মী। তৌইগুম্বম্সুং মতম অতুদা য়াম্না থুদোং থীবা অম্না থোক্লমই। লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রনা বন অদু মাগী মরূপ তক্কী লৈকমনি হায়তুনা মতম লৈবা খিবিক্তা ভাক-শেন্দুনা লৈরমই। আগ্নিনা বন অদু চাবা হেক হৌগৎলকপদা ইন্দ্রনা মাগী লাম্মী লৈচিল মপৈ মপৈ কৌদুনা খাক-লাউদুনা নোং চুথরকখি অমস্থুং বন অদু ঈশিং তাক্তা তায়তুনা চাক্লম্ব মৈদু মুথৎখি। মতৌ অম্সুম তৌদুনা আগ্নিগা ইন্দ্রগা লাম্থেংনবদা আগ্নিনা হয়া হয়া মাইথীবা কংখি। মাগী অরাম খৌরাংবা অদুদি অম্সুম অম্সুম হেনগৎলকখি। আগ্নিনা ইন্দ্রগী লাল অদু আর্জ্জুন নত্তনদি থিংবা ঙম্মরোই হায়না খল্লক্লম্মী।

নোংমগী সুমিত্তা কৃষ্ণগা আর্জ্জুনগা বন অদুদা শাদানবা লাক্লমই আগ্নিনা ব্রাহ্মন ময়ুং কংবা, মকোয়-মরাং য়াম্না শাংবা, মকোক জটা পুনবা অমগী রূপ লৌদুনা মখোয়গী মমাংদা লাক্লম্মী ব্রাহ্মন অদুনা মাগী পরিচোয় অদু হায়জরম্মী। ব্রাহ্মন অদুগী মতৌ য়েংবদা মখোয় অনিমক মাগী মতেং পা গনি হায়না রাশক্লমই। তৌইগুম্বম্সুং মখোয় অনিমক্কী মতিক চাবা থুংলাইদি লৈতে হায়খি মরম অদুনা আগ্নিনা অর্জ্জুনদা কুয়া যুমযুক রাংবা মকোক্তা য়োংজাও মকোক পানবা লালগী দোলাই অদুগা গান্দীবা লিরুং অমস্থুং তেঙ্গৈ অদুগা লৌথোকপগী লোয়রবা নায়দবা তেনজোং অনিগা পীখি। কৃষ্ণদনা মৈনা ইকোয় কোয়না চাকপা চক্র অমগা গমুদি গদা অমগা পীখি। থুংলাইশিং অসি

শীয়বা মতুং অহুদা হেয়া থাজয়হুনা মৈগী লাই আগ্নিনা মাগী অশেংবা মশক অহু মখোয়দা উহনখি।

য়োং মকোক মানবা দোলাই অহুদা ফিরাল থেংচিল্লগা কৃষ্ণ, আর্জ্জুন অনিনা মথক্তা তোংলগা থোদোক্লকপগী মখোল অহু য়োংনা ঙংবগুম্না ঙুং ঙুং ঙংলমই। আগ্নিনা বন অহুগী মাইক্তে মরিমক্তা অমুক্তং কোয়বদা বনগী উ, রা পুম্নমক কংলমই অমসুং মৈথু কানা চাকখংলম্মী। ইন্দ্রনা মাগী লাম্মী লৈচিন মপৈ মপৈ থোমগত্তুনা অকনবা নোং চুথরকখি। তোইগুম্সুং নোং মরিক অমত্তা বন অহুগী মনুংদা চংবা ঙমখিদ্রে, মরমদি আর্জ্জুন্না গন্দীবা লীরুং অহুন অতংপা লৈতনা লোয়বা নায়দনা কাপশিল্লুনা বন অহু কোয়শিল্লুনা থমখি অমসুং কৃষ্ণগী সুদর্শন চক্রনা তারকপা নোংমরীক পুম্নমক উরু উরু লৈত্তুনা ককথংখি। মতৌ অসুম তৌনা লাইগী নিংথৌ ইন্দ্র ময়থীবা ফংখি অমসুং খান্দব বন অহু উং ওইনা তুমখি। অকাসতগী কৃষ্ণ আর্জুন লাইনি ছায়না লাওথনরকখি।

মতৌ অসুম্না পাণ্ডবশিংগী মশাঙ্গল, মথৌনানা খান্দব বন অহু জয় তৌখি। মখোয়না লৌ উনৈ মহৈ মরোং থানৈ। পোথোক চাথোক হেনগৎহনব হেংনখি মী কয়ামরুম খুন্দাহুনা উমং ওয়না লৈরম্ব মফম অহু ফজরব, সহর অমা ওইনা শেমগৎখি। বন অহু মৈ চাকপদা মফম অহুদা লৈরম্বা শা, উচেক, লিল অসিনচিংবা পুমনমক অমত্তা নাম্বোকহোবা ঙমহৌদনা তুম্না শিখি।

'মায়া' হায়বা হিংচাবা অতুতদি আর্জ্জুনা মথরাই কনবিখি। অমসুং মাকি নৈনবগী পীখি। মায়াবা পেল্লচনা ম'সু মানা ওস্না মতেং খরা পীরমগে হায়না মপুক্তিংদা লেপলম্মী।

## ১৯শুবা শরুক

# ময়ানা পাণ্ডবশিংগী পাক চাউরবা কোম্মুং শেমগৎপা

ময়া হায়বা হিংচাবা অসি মাগী জাংকুম্না তঙখিবা অমা ওইরমদে। মাদি পুকচেল য়াম্না তঙ্গা বিশ্বকর্ম্মগুম্না মথৌ মনা য়াম্না ন৫শিংবা হিংচাবা অমা ওইরম্মী। সুং, যোং, হিরা, মনি মুক্তানচিংবা ধাতু পুম্নমক্তী হক থোক্তুনা শাবা য়াম্না নৈরক্মী। খাণ্ডব বন মৈ থ বদা কৃষ্ণনা ম'বু হাৎনিংলমই। তৌরিগুমসুং আর্জ্জুনা য়াদম্বুন মাবু মথরাই কনবিখি। মরম অদুদগী মায়ানা পাণ্ডবশিংগী কান্নবা উপায় খরা তৌতুনা নমন থুমগে নিংলমই। মায়ানা হন্না হন্না হ'য়্জরবদা বাসুদেবনা (কৃষ্ণনা) স্বর্গ, মর্ত্ত অনিমক্তা মান্নবা ন৫ত্তবা পাক চাউরবা কোম্মুং অমা পাণ্ডবশিংগী দমক্তা শেম্মীরমউ হায়না হায়খিরমই।

মায়ানা আর্জ্জুনগী নমন থুম্নবগী থবক ফংলবা অতুদা হয়াওনা য়াখী। মানা আর্জ্জুনগী য়াখং লৌতুনা অরাং পাংনা হিমালয়রোমদ অমম অতুন পাইখিতুনা ন৫দাক্তী রাংমদা

মমলবা অৱাং মেকপী সনাগুম লাংলবা মুং থোককম অদু তানা পাইখিরমই। মফম অদু মাগী জাংকী মীশিংগী লৈফম ওইরমই। মায়ানা মাগী জাংকী মীশিং অদুগা লোয়নননা খোং অদু তৌবমই তমম্মুং মমল য়ম্ল য়াম্লবা মুং অডোবা, অস্তাংবা, অশংবা নিম মচু মানবনচিংবা অৱং অৱংবা মুং কযাম্বকম ফংলম্মী। মযানা মুংশিং অদু হিংচাবা লিশিং নিপালগী মনজন্দা হাপুনা পাইবক্লম্মী। মায়ানা মাগী জাংকী মীশিং অদুগা লোয়নননা চক্তি মবিগা নোংমা চংনা পৃথিবীদ খ্বাইদগী হেন্না ফজরবা পাকচাউবরা কোম্নুং অমা মুংশিং অদুনা হক খোত্তুনা শাবম্মী। অদুগী মতুংদা সহর অদুগী স্কাব ওইবা মফমদা মুংনা ইরং লংনা মাইকৈ মরিমক্তা খাজিল্লমই। অসিদম্মু নত্তনা কোম্নুং অদুগী স্কার ওইবা মফমদা মীতিনশং ( দরবার হোল ) অমম্মু শাগৎলমই। হ মুরিবা মীতিনশং অদু সনা অমদি মনিমুক্তানা হক্তুনা শারমই। কোম্নু অদুগী লম্বী ময়াদা পাক্লবা লমপাক অমা লৈবমই। লমপাক অদুগী অকোযবদা মনম মুংশিরবা লৈ-শুনা কোম্নুনা থারম্মী। লমপাক অদুগী মযায়দা ঈশিং ঈমায় চোম্না লৈবা খুংশেমগী পাৎ অমা লৈরম্মী। মতৌ অম্মুম তৌনা পাণ্ডবশিংনা মপাঙ্গল মথৌনানা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ফজরবা কোম্নুং অমা শেম-গৎখি কোম্নুংগী মফম পুম্নমক মুংনা ষ্টাব তৌই।

## ১১শুবা শরুক

# পান্দবশিংনা রাজসুয় যজ্ঞ লিংখৎপা অমসুং পৃথিবী জয় তৌবা

নোংমা যুধিষ্ঠিরনা মথন্তা মাগী দরবারদা ফমহুনা লৈরিঙৈদা নারত মুনিনা স্বর্গ, মর্ত্তা, পটাল মরোল অহুম্মক্তা চৎচনিংবা মফমদা চৎচরু হায়না লাইশিংগী য়াথং ফংলহুনা লাক্লমী। নারত মুনিনা যুধিষ্ঠিরদা হায়খি—"ঐহাক শুক্লা মমলবা যমগী লৈবাক পটান্দগী অস্নুম লাক্লিবনি। মফম অদুদা পাণ্ডবশিংগী মপা পাণ্ডু অমসুং অতৈ অচৌবা নিংথৌশিং উম্নরম্মী। পাণ্ডুনা মুনিবু কৌরহুনা হায়রকই—"পাণ্ডুনা যমগী মমলবা, মুঙাইবা লৈত্রবা মফম অসিদা লৈরি। অদুগা ইন্দ্র অমসুং হরিশ্চন্দ্রবা স্বর্গদা নুংঙাইনা অঙানবদা লৈরি। নিংথৌ হরিশ্চন্দ্রনা রাজসুয় যজ্ঞ তৌখিহুনা মাগী মরায়-বক ফবনা স্বর্গদা নুংঙাইনা লৈবা ফংলবনি। অদুনা যুধিষ্ঠিরদা রাজসুয় যজ্ঞ তৌহুনা পাণ্ডুবু অমুক্ত স্বর্গ কাহল্লু অদুগা মাসু শোয়দনা স্বর্গ কাগনি হায়রিয়ু" নারত মুনিনা অসুমা পাউ পীররবদা যুধিষ্টির রাখম্না ইরাক্লরম্মী। মুনি নারত ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলহুনা হরাগুনা ঈশৈ ঙংলহুনা নুংশা মঙালদা স্বর্গ কাখি।

## পাণ্ডবশিংনা রাজসূয় যজ্ঞ লিংখৎপা অমসুং পৃথিবী জয় তৌবা।

যুধিষ্ঠিরনা মাগী লাগুমবা মনাওশিং অমসুং বাসুদেব কৌদুনা দরবার তৌখি। শিবা নাইত্রবা পুন্সি ফংনমবা রাজসূয় যজ্ঞ তৌবা তারে হায়না যুধিষ্ঠিনা মনাওশিংদা তাকখি অমসুং সিরো- মোনি অচুগীদমক শেম শাবা হৌখি।

রাজসূয় যজ্ঞ তৌবা হায়বা অসি থুংলাইনা পাল্লনা লাল তৌবা নত্তনা পৃথিবীগী নিংথৌ পুম্নমক্কা মাবু শক খংনবা অমসুং মঙোন্দা মনা মথিল পীগনি। মতৌ অসুম তৌনা পৃথিবীগী নিংথৌ পুম্নমক্কা মাবু পুন্স চেনবা অমসুং অচুম্বা চৎপা নিংথৌ অমনি অমসুং মখোয় পুম্নমকী মকোক থোংবা নিংথৌ অমনি হায়না য়ানখি, মখোয় পুম্নমক্কা মঙোন্দা মনা মথিল পীরকখি।

মপোকওঙেগী মনা কনবা, চাওথোকচবা মঙক কনবা নিংথৌ খরা লৈরম্মী। মখোয় অদু যুধিষ্ঠিনা মনাওশিং থাদুনা জয় তৌহনখি। আর্জ্জুনা অরাংলোমদা মথক মথা অয়াম্বা কাংবু (জাংশিং) ভীমা নোংপোকলোমদা লাম্বা লৈবা সুত্র কাংবুশিং, সহদেবনা নাংচুপলোমদা অমসুং নোকুলনা খারোমদা জয় তৌহনখি।

মতম খরদগী মনুংদা নো পোকলোমদগী নিংথৌ পুম্নমক্কা মশক খঙখি হায়বদি মখোয়গী মথাদা লৈম্মু হায়বা য়াখি। মতৌ অসুম তৌনা রাজসূয় যজ্ঞ অদু অহমলক চুম্না তৌখি। পাণ্ডবশিংগী হৌজিক অদু থাওমৈনা পুঙ্গাল ভাম্না থানগৎলমই। যকপী মৈ

থাগৎলকপদা হোল অদুগী ফল্লাং সনলাইট মানবা মুংশিং অদু ইরং ইরং লংনা চৎপগুম উরমই। যুধীষঠীরমা য়াম্না চীং লেম্না যজ্ঞ অদু ফম্লগী। মমল য়াম্নবা সনা মানবা মুংনা শাবা কোম্নুং অদুদমু থাওমৈনা ইঙাল ঙালনা থানগৎলমই। পাণ্ডবগী কোম্নুং অদু হায়নিংঙায় লৈতনা ফজবমই। খ্বাইদগী শেংলবা মুনি, ঋষিশিংমু যজ্ঞ অদুদা লাক্লম্মী অমসুং মাগী মাগী আসন্দা ফম্মমই। অথোৎপা, অমুবা শজি শঙায়গী মণ্ডপ ঙাক্তা শেংলবা. মকোক জটা পুল্লবা, মকোয় শাংনা থাক্লবা মুনিশিং অদুনা যজ্ঞ অদুদা বেদগী শৈরেংশিং অদু স্বর্গ ত্তানা, মুংশিরবা খোপ্পেল্লা ব্রজ তাবগুম ত্তৌনা থিবমই অমসুং শক্লমই। মখোয়না যজ্ঞ অদুদা ঘী. শঙোম, মপাল, খোইহি অমসুং সোমাগী মহিনচিংবা কংলমই। যজ্ঞ অদুদা কংপা, চেং ধুপনচিংবগী মৈখুনা অতিয়া পুম্মম মমখি। মখোয়না যুধিষঠীরবু থাগৎপা ঈশৈনা অতিয়া শিল থুংনা তাখি। মখোয়না যজ্ঞগী শ্লেকশিং অদু মথং মথং থিরমই।

যজ্ঞ অদুদা ভারতকী নিংথৌ পুম্নমক অদুগা কুরুগী খ্বাইগী অহল ভীষ্ম, দ্রোন, কর্ন. বিদুর অমসুং ধৃতরষ্ট্রগা মাগী মচা চামগা লোয়নননা লাক্লমই। মাখোয়না ইচম চম্না লাকপা ঙাক্তনি। মখোয়না পাণ্ডবশিংবু থাগৎলমই অমসুং বর পীরমই। যজ্ঞ লোয়রবদা যুধিষঠিরনা মুনি, ঋষিশিং, চাকনিবশিংদা মখোয়না লালদা ফংলকপা সনা. লুপা. শেল থুম, মনিমুক্তা পুম্নমক দান তৌথোকখি। অদুদগী হেন্দোকুনা লাম্দা মনাওশিংনা ফংলকপা শগোল, শামু. লালগী দোলাইনচিংবা পুম্নমক দান তৌথোকখি। শম্না হায়রবদা

লাক্কা মখোয়না কংলকপা পুম্বা লোয়না অমতা থাকহৌদনা য়াম্না তৌথোকনি। মী পুম্নমক্কা পাণ্ডবশিংগী পূকচেল চাউবা অচুম্বু থাগৎনখি।

যজ্ঞ অতুদা লাক্লবা মী পুম্নমক পাণ্ডবশিংগী চাউথৎপগী মঙাল অচুদা কনা অমত্তা হুংণ্ডাইতবা য়াওরমদে। তৌইগুম্বন্না মপাঙ্গল অমম্বুং লালগী থৌৎলাইদা হৈশিংবা মহাক মঙায়রে হায়না নাপন তৌতবা চেদিসকী নিংথৌ শিশুপাল হায়বা অচুবেদি পাণ্ডবশিংবু হুংণ্ডাইতবা য়াওখি। মহাক অসি কয়ামুক য়াম্না নাপন তৌবগে হায়ববু কৃষ্ণগা মাগা মাম্নে হায়না খঞ্জরমই। কৃষ্ণনা মাগী মচলম্বুপী লুকমনি হায়বী অচু লৌখি। মাগী মচাম্বুপা অনিম্বু লৈবমই। মরম অচুনা মাল' কৃষ্ণবু উথিংলমদে।

শিশুপাল্লা থাৰ্জন কংহুনা যজ্ঞ অচুদা লাকপা মতমদা বাসু-দেবনা (কৃষ্ণনা) যজ্ঞ অতুগী শিল্লাংবা অমম্বুং পাণ্ডবশিংগী মকোক লুচিংবা অমম্বু ওইরম্বা অচুদা মাগী মপুক্কিংদা য়াম্না থোক্তরাংলম্মী। মতম অচুদা মাম্বু বাসুদেবন্তরা মকোক থোংবা অমা ওইনিংবগী তমথিরবা অশাউবা অমগী মৈমিনা মাগী মপুক্কিংদা

সিবোমোনি অত্তুদা তিল্লম্বিবা পুম্নমক অত্তুগী মপুংদা ভীষ্মনা থ্বাইদগী অহন ওইবনা যুধিষ্ঠিরনা মতোম্না লৈ-ও. স্না, লুপা চন্দন, তুলসী পত্রনচিংবা বঙগী পোৎশিংছু (ফুলচন্দনছু) কনাদা কৎসিগে হায়না হংলে [illegible] মুনায় হেক লৈথোক্লকপদা ভীষ্মনা

বাসুদেবদা কংলু হায়না ইংগং পীত্না যুধিষ্ঠীরনা বাসুদেবদা কংখি। মতম অদুদা শিশুপালনা কন্নিগী মঙোন্দা কত্রিবনো হায়না ঙং ঙং ঙংলকই। মাবু যজ্ঞ অদুদগী তাম্থোকপগুম থল্লম্মী। মানা পাণ্ডবশিংগী মথক্তা ভীষ্মগী মথক্ত। অমসুং বাসুদেবগী মথক্তা লাও-খোঙতুনা চৈৎকলমই। শাক্লিবা মীশিং অদুনা মাগী অশাউবা অদু কাইনে। হায়বা খঙ্লমদে। কৃষ্ণনা ফমফমদগী ফুক চৌগৎলগা শিশুপালগী লুহুপ উপলিবা মঙক অদু চক্রনা থবৎ ককথৎলম্মী। তিল্লিবা মী পুম্নমক ইঙক ঙক্খি।

যজ্ঞ লোয়রবদা তিল্লম্বা মী পুম্নমক মাগী মাগী মবৈ-বাক্তা লোন্না হনখিবম্মী। লোইগুম্বসু দুর্য্যোধননচিংবা খরদি পাণ্ডবকী ফজরবা কোম্নুং অদু যেংদুনা ঙক্না অংম লেখি মানা হোলগী অকোযবদা চত্তুদা যেংবদা থোংদ খুদিংদা মশাংতোন থেংগাখি। অদুদগী কোম্নুংদা লৈবা পোৎ-চে শগোলশং, লম্পাক, লৈকোল, ফজবা থুংশেমগী পাৎনচিবা লেংদি। শাঙ উবদা মানা কল্লকপা, মিহৈৎনা মপুক্লিংদা থাম্মা লাংতক্কবা পোকখি। মৈদা মাল্লা থল্লমই - মিতৌদুনা লেবন কাম্নরোই। চৌবোব শান্নবগা লোযননা মুন্দুনা লৌবগা মখোয়বু চহি তরানিথোই বন্দা তাম্থোন্নগা মখোয়গী কোম্নুং অসি লৌশিন্দুনা হাইজম্না মুংঙাইন লৈগে মখোযনা হল্লক্লগা মবৈবাক পীযু হায়রবদা কুরুক্ষেত্রগী লমপাক অদুদা লোম্বনা তুম্না হাত্তোল্লগা লোযবে। অদুম্না খল্লদুনা দুর্য্যোধন মঘুমদা হুন[illegible] অমসু মাগী মামা মপুক ফন্নবা শকুনিগা রা তাম্নখি।

১২শুবা শরুক

# চৌখর শান্নবা

পাণ্ডবশিংগী চাউখৎলকপা উবদা কৌববশিংগী মপুক্কিংদা য়াম্না খোইরাংলম্মী। মখোয়না মতম লৈবা থিবিক্তা পাণ্ডবশিংগী মাংননবতা থল্লম্মী। আজুর্নগী চাউখৎপা উবদা কল্লকপা মখোনা ফত্রবা লাল হৈনবা কর্ন অমসুং মপুক ফত্রবা শকুনি অনিনসু মতম পুম্বদা দববার ফম্বা খুদিংদা মিহৌচাউবৰা দুর্যোধন্দা ইনংশিন্দুনতা লৈবম্মী। মিংচৎ অমদি মথৌনা লৈত্রবা অচম্বা সিফায়গুম্বা মখোয়না চৌবব শান্নরবদি উচিগুম ফত্তবা লৌশিংদা য়াম্না হৈশি লমই।

মখোয়না নমথাক তৌদুনা যুধিষ্ঠীবগা চৌবব শান্নবগা মখোয়গী মরল-মথুম পুম্বা মুন্দুনা লৌনবা থল্লবনই। মরম অদুনা মখোয়না থাগত্তুনা, থেমদুনা ক্ষেত্রিমচানবু চেংনব শান্নবা হৈতবা হৌনত্রা শাযবনচিংবা হক য়বা পীদুনা চৌবব শান্নসি হায়না যুধিষ্ঠিবদা হৌখি।

লৌশিং লৈবৰা ভীষ্ম, ধৰ্ম্ম কাযত্রবা বিদুর অমসুং ধৃতবাষ্ট্রনা শান্নহন্নিংদদুনা যাম্না কন্না থামখি। তৌইগুম্বসুং ফত্রবা, কল্লক মিহৌচাউবা দুযোধন্না কন্না ইনশিল্লকপা, তকশিল্লকপদগী থাম্বা য়াখিদ্রে। অচৌবা হোংল অমদা শান্নফম শোমলই। পাণ্ডবশিংদি ইচম চম্না মহৌশগুম্না নিংথৌ, মিংথৌমচাশিং অমসুং অচৌ-অশাংশিং

পুম্নমক চৌবর শান্নবা য়েংনবা বার্ত্তন তৌখি। মখোয় পুম্নমক চৌবর শান্নবা য়েংবা লাকখিরমক্ত।"

চৌবর শান্নবা হৌরমই। যুধিষ্ঠিরনা চুম্না রুজনা শান্নরমই। তৌইশুম্বস্মুং শকুনিনা নমথাক্কী মওংদা শান্নরমক্ত। শকুনিনা অহুনবা খুদিংদা লৈপাক্তা তাহল্লমই অমস্মুং মান থোইবে থোইবে হায়না লাওরমই। ধৃতরাষ্ট্রনা কনানা থোক্টরবগে হায়না হংলকপা খুদিংদা শকুনিনা খুমখি—"শান্নবিবা অসি ঐগীদমক থইবি। অহানবা যুধিষ্ঠিরনা সনা,লুপা, মনিমুক্তা অমদি মবল মধুম পুমম্নক পোন্থা থাখি। মতু পুম্নমক মাংখিবমই। মথংদা মাগী শগোল, শামুশিং, দোলাই ময়াম শাথোবশিং, মীনাইশিং লোয়না পোন্থা পীরমক্ত অমস্মুং মাংলমই। মথংদা মানা মাগী মরৈবাক, সহরশিং, থুঙংশিং লৌবুকশিং পুম্নমক পোন্থা পীরমই অমস্মু লোয়না মাংখি। মাংবা হৌনবা পুম্নমক মাংলবা মতুংদা মানা মাগী লাইশুম্নবা মনাওশিং, মা মশামক অমস্মুং স্তুংশিজন্নবা মতু দ্রৌপদি কাওবা থান্নমই। মতু পুম্নমকস্নু লোয়না মাংখিরমই। মতুংদা পোন্থা পীনবা অমতা লৈজিন্নক্ত্রবদা অতু লোইশিন্নমই।

তমখিরবা, হিংচাবশুন্নবা কৌরবশিং অতু নুংঙাইবনা ... থ লৈখিদ্রে। দুর্যোধনগী মনাওনুপা দুঃশাসন্না দ্রৌপদিবু হোল মহুংদা মশম পান্নহুনা চিংশিন্নরুগা সভা মমাংদা মফি মুন্নমই। মখোয় পুম্নমক্তা দ্রৌপদিবু লংনরমই। ময়াম লাংনরকপা অহুদা ধৃতরাষ্ট্র হৌগৎলন্নমই। [illegible] দ্রৌপদিবু কৌশিন্নুনা হায়খি।

"নঙোন্দা য়াম্না কান্নগদবা নংনা পাম্বা বন্ন অনিদং হায়ন্নু।" দ্রৌপদিনা খুমখি—"অহানবদা যুধিষ্ঠিরবু হন্দোকপিয়ু। অতুগা মথংদা মনাওশিং পুম্নমকপু হন্দোকপিয়ু।" ধৃতরাষ্ট্রনা মখোয়গী মাংখিবা পোৎশিং অদু লোয়না হন্দোকপিয়ু হায়নিংলমই। তৌই-থুম্বস্থুং দ্রৌপদিনা য়াখিদে। মানা হান্নখি—"মনাওশিং অসিবু হন্দোকপিরবদি মাংখিবা পোৎশিং অতুদি অমুক হঞ্জিন্নকপা য়াই।" দ্রৌপদিগী পাউথুম অদুদা ধৃতরাষ্ট্রনা থল্লম্মী মহুদি ভীম আর্জ্জুন অনিনা হৌরক্লবদি মাগী মচা চামা অদু মথোং চান্নোই থন্দুনা মখোয়গী মাংখিবা পোৎ পুন্নমক লোয়না হন্দোকপিখি। পাণ্ডবশিংদু হরাওনা ময়ুমদা হল্লকখি। তৌইগুম্বস্থুং দ্রৌপদিবু সভা মমাংদা ইকায়ববা পীখিবা অদু ভীমগী থম্মোইদা য়েক্লুনা লৈখি অমস্থুং তাঙ্গা চাবা অমদা দুঃশাসনগী মথবাক শেগায়রগা ঈ থক্কনি হায়না রাশকখি।

দুর্য্যোধন্না পাণ্ডবশিংগী মপোৎ মচৈ লোয়না হন্দোকপিখিবা অতুদা মপাদা য়াম্না শাউরম্মী। মানা অমুক হন্না চৌবন শান্নখিনি হায়না যুধিষ্ঠিরদা বার্ত্তন পীরম্মী। মরম অদুনা অমুক হন্না চৌবর শান্নবা তাখিরমই। দুর্য্যোধন্না অন্নুন্না হায়থি মহুদি অপোবা মীনা চহি তরানিথোই বন চৎপা চহি অমনা লোক্তনা লৈগদবনি। অন্নুন্না ন্না ঙাংনববা মতুংদা চৌবর শান্নবা তাখিরম্মী।

ভীষ্মনা হায়খি—"দুর্য্যোধন! নখোয়না পাণ্ডবশিংগী চাউখৎপা অমদি মরল মথুমবু করিগী অদুক কন্নক্রিবনো? নখোয়স্থু

মখোয়গুম নপাজাল নরৌশিংমা নপা নপুনা থম্নবা অমদি শক্সোক্লবা লৈবাকশিং অসিদগী হেন্না শক্সোকথা হৌংনৌ। লাল হৈববা কর্ণ অমদি ঐখোয় খ্বাই লৈরি। নত্তেং পাংগদবা চাক্তনি। পাণ্ডবশিংগা থক শিংনরুগনু। মখোয়াদ লাইগী মচা ভাক্তনি। শাইগে তুম্না মাংলগনি।"

ভীষ্মগী য়া অতু তাবদা দুর্যোধনা ভমথৈ লৈতনা শাওরদুনা হায়রকই - "ইংধো! মখোয়গী মপোং মরল পাম্বগী ভাক্তা নত্তে। পাণ্ডবশিং অসিবু মক্ল ফংনা মাংহনখিত্রবা মখৈ ঐখোয়গী থম্মোইদা পেনবা লৈরোই মখোয় অসিবু তাহোকখ্রগা ইপা ইপুনা থম্নম্বা লম পুম্নমক অসিদা হাইহন্না নুংভাইনা অমুক্তা পাঙ্কগে। ঐবু অমুক খাম্বীরগনু।" ভীষ্মনা হায়খি—"ঐনা খাম্বা য়াত্রবদি নংনা থোকপা তৌরো" অস্নুম হায়রবদা চৌবর অতু অমুক হন্না শান্নখি। অমুক্তং হুনবদা শকুনিনা লৌনম তৌতুনা যুধিষ্ঠীরমা পৌখি।

মতৌ অস্নুম তৌদুনা যুধিষ্ঠিরনা দ্রৌপদি, ভীম, আর্জ্জুন সহদেব অমসুং নোকুলগা লোয়ননা চহি তরানিথোই বন চংখি চহি অমনা কনা অমত্তা থত্তইহন্দ্রনা লোত্তুনা লৈ।

মখোয়না বিরাট কোনুংদা চংজ্রিবৈদা মখোয়গী খুৎলাইশিং অহু সহরগী চিদায়দা হোৌবা ক্যাম্পলৈ পাঙ্গী অমগী উশা কারক্তা পুন্দুনা য়ান্নুনা থমখি। মখোয়না গদা অমম্বুং গ্যাণ্ডীবা লীরুং অচুনা মীগী মওং মান্না শেমলম্মী অমম্বুং মমা অশিবা থমলিবনি শোকউন্নু হায়না লাওথোক্লম্মী। মখোয়না বিরাট নিংথৌগী কোনুংদা লোত্তুনা লৈবা লোয়রমদাইদা বিবাট নিংথৌগী অরাবা অমা থোক্লম্মী। নিংথৌগী মরিথোকপা সুশর্ম্মা। টিগাথাগী নিংথৌনা লান ভারক্লম্মী। হায়রিবা সুশর্ম্মা হায়বা নিংথৌ অসি কৌরব-শিংগী মথা পোনবা নিংথৌ অমা ওইরম্মী। মখোয়না বিরাট নিংথৌবু মখোয়গী মথা পোনহনগে থৌরাংলম্মী। মরম অদুনা মখোয়না বিরাট নিংথৌগী যুমশাশিং অহু লম্মাংদগী হায়বদি শঙ্খাকমদগী হোয়রহনা পুথিরমই। যুমশাশিং অহু বিরাট নিংথৌগী থাদোক্লবা হায়বা শাশিং ওইরম্মী। শাশিং অহু হেক লৈত্তবদা মত্তোন্দা ভরথীবা অরাবা খুদোংথীবা করা করা থোকপা অমা ওইরম্মী

যগশেনবশিং অচুনা কপুতা হায়রমই অমম্বুং থোকখিবা থৌদোক পুম্মক নিংথৌদা তম্মমই। মরম অদুনা বিরাট নিংথৌনা নিংথৌমচাশিং অমম্বুং মাগী অাম্মীশিং পুহনা লাম্লেনবা চৎখি-রমই। মতম অদুদা বিরাট নিংথৌগী মচা উত্তরা হায়বা অহু য়াম্না অঙাং ওইরম্মী লাল্ শোক্লরম্বু থৈরমদে। মাগী রথ অহু থৌবিনবা অমম্বু মাগী তুংইনবা কনা অমত্তা লৈতে হায়না য়াম্না বানা অান মাংতুনা লৈরমই।

নিংথৌ মহাবানীগী ৩৭. চেংতুনা লৈকিবী দ্রৌপদিনা উত্তমনী অমুদা অত্তু উবদা লাংজ্ঞাইরুম্মা ঙাংগোয় শাবগী ওঝা ওটরিবা. অসে রথ থৌবা য়াম্না ইকুরনি মতোমদা কায়্যু হায়না তাকখি। নরম অতুনা উত্তমনা কন্না ঙম্না হায়জরকদা আর্জ্জুনবা য়াখি।

মখোয় অর্জ্জিনা বথ থৌদোক্লকপদা কুরুগী মী তেঙ্গোল অম লৈরম্বা অত্তু উবদা উত্তমা কিনা জ্ঞান মাংলমই। মানা সঙ মথক্তগী কুমত্তুনা সঙবদা চেনাগ তৌখি। অর্জ্জুনা চেলঙসাদ উত্তমা পাগংলমই অর্জ্জুনা উত্তবাদা হায়খি—"মহাক বন অসী থৌ ঐ ইথম্বা ময়াম অসিগা লাপ্তেংনগে।" উত্তবানা পুম্মখি "নহাক লাইবা নত্ত্রগা আর্জ্জুনলা? কুরুগী কন্না-কল্লবা ভীষ্ম, দ্রোন, কৃপাচার্য্য অমস্তুং কর্ন্নচিংবা ময়াম অসিবু নও নথক্তন কমদৌনা ভমগাদৌম্বিবনো?"

আর্জ্জুনা নোকুনা হায়খি— অডং নঙ জ্ঞান তাদত্তুন অচুম্বা অত্তু হায়রে। ঐহাক পৃথিবীগী মমুংদা খ্বাইদগী হেন্না তেল কান্না হৈবা আর্জ্জুন হায়বত্তুনি অমুম্ন ভাংনরবা মতুংদা উত্তবানা রথ অত্তু থৌরমই। আর্জ্জুনা থুংলাই লৌকবগা কৌববশিং অত্তুগা লাল শোক্লখি।

মখোয়না লালগী দোলাই অত্তু থৌজিল্লকপা. উবদা কৌরবশিং অত্তু অমুক হন্দোক হঞ্জিল তৌত্তুনা লৈবমই অমস্তুং মখোয় পুম্নমক্না মশক থঙদবা লান্মী অসিবু কনানো মথক্তা

অশ্বক থৌনা ফনা থৌজিল্লক্লিবা অসিবু হায়না মখোয় মশেল অমগা অমগা মরৈ যেৎনরমই। খবন। মসি আর্জ্জুন ওইরমগনি নত্রবদি অশ্বক থৌনা ফনা থৌজিল্লক্লোয় হায়খি; মতুদা দুর্যোধননা থাজরমদে। দ্রোননা অমুক আর্জ্জুন নত্তুনা কন অমতা ওইরোই হায়খি। মরনদি কাপলক্লিবা তেল অসি মাংগী খোঙ্ মায়াদা মশাদি শোকহন্দনা কাপলিবা অসি আর্জ্জুন নত্তুনা কন। অমতনা ডমলোই। মতুংদা অমুক আর্জ্জুননা তেল অমা দ্রোনগী মনা খেংনা ঈ থোকহন্দনা কাপখি। দ্রোননা অমুক হায়খি মতুদি মাগী নাপদা মশাদি শোকহন্দনা কাপলক্লিবা অসি আর্জ্জুন নত্তুনা কনাম্ম ডমলোই অশ্বুম্না ভাংনবিভেদা আর্জ্জুননা যুমশাশিং অমস্মুং কোরবশিং অনিশী মরক্তা বথ অতু থৌজিল্লমই। যুমশাশিং অতু কিবত্তুনা মহৌশাগুম মখুম পাংনা চেনখিরমই। অতুগী মতুংদা অর্জ্জুননা দুর্যোধনগী শামু অতু তেন অমতনা হাংলমই অমস্মুং তেন্না অতিয়া পুম্নমক মমশিল্লখী। দুর্যোধন্না কিরত্তুনা চেনখিরমই। অতুদগী অতৈ অপৌবশিং অতুগা অমুক শোরবমই। মখোয় পুম্নমক মমাম্ম লৈতুনা হন্দে কখি। উত্তরাম্মু চোকথরক্তুনা হল্লক্লমী। মখোযনা থুংলাই লোংফম অতুদা অমুক থুংলাই অতু লোংলম্লগা জগোয় শাবী ফিজেৎ অতু অমুক শেৎতুনা আর্জ্জুন্ন রথ অতু থৌতুনা কোম্নুংদা হজিনখি। মতৌ অস্মম তৌতুনা আর্জ্জুন্না বিরাট নিংথৌগী যুমশাশিং অতু হন্দোকপিখি। উত্তরাম্মু হবাওনা ময়ুমদা হল্লক্লমই অমস্মুং মপাদা মবম পুম্নমক তম্লম্মী।

পাণ্ডবশিংনা বিরাট নিংথৌগী কোনুংদা চহি অমা লোৎতুনা লৈবা অতুদা পৃথিবীগী মী অমতনা মখোয়বু পাণ্ডবনি হায়না খঙলমদে। অর্জ্জুননা বিরাট নিংথৌগী য়ুমশাংশিং অদু হন্দোক-পিথিবা মতু' সুমিং হুন্নি শুবদা পাণ্ডবশিং অশেংবা মশক অমসুং মতৌশাগুন নিংথৌগী মীতিনক্রম দরবারগী ফোল অতুদা চৎলমই তোইশুম্বসুং মখোয়না মখোয়গী পরীচয় হায়দোক্ত্রি-ডৈদা উত্তরানা ময়ামগী মমাংদা হায়দোকখি। উত্তরানা মপাদা হায়খি —"ইপা ইবুংঙো! ননাক্তা ফমলিবা অসি পৃথিবীগী নিং-থৌ পুম্নমক্কী মকোক নিংথৌরেল য়ুধিষ্ঠির হায়বা অদুনি। মশা মউ ফবা, মপাঙ্গল কল্লবা অসিনা পৃথিবীদা খ্বাইদগী হেন্না গদা হৈবা ভীম হায়বা অদুনি। অশোমদগী মশক মতৌ ফজরবা নহা শুইবিবা অসি পৃথিবীদা খ্বাদগী হেন্না রথ থৌবা, থাং হাইবা হৈবা সহদেব অমসুং নোকুল হায়বা অদুনি অদুগা এগী ইনাক্তগী অসিনা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না তেন কাপ্পা হৈবা অর্জ্জুন হায়বা অদুনি। ঐনা রথ থৌরগা অর্জ্জুন মাঙ্গইনা লাম্ফেংনদুনা য়েক্কবা পুম্নমক তানখায়খি অমসুং য়ুমশাংশিং পুরকখি"। অসুম্না উত্তরানা মপা অমদি দরবার অদুদা তিল্লবা মীয়াম পুম্নমক্কী মমাংদা পাণ্ডবশিংগী অশেংবা মশক তাংকখি।

উত্তরাগী রাজৈশিং অমদা বিরাট নিংথৌগী থম্মোইদা হরাওবা শুংওইবা পোক্লুনা পাণ্ডবশিংবু য়াম্না থাগৎখি অমসুং হরাওমনখিদুনা মশিত্তা মপি শিঙ্গরক্লুনা মখজায় অদু পুমচোৎ

যুধিষ্ঠিরনা মতম তারবনি মখোয়গী মরৈবাক্তা মযুমদা অমুক হল্লক্লগনি হাযবগী পাউ অতু অনকপা. অরাম্বদা লৈবা মরুপশিং শাগৈ-নাতৈশিং, মরী-মত পুম্নমক্তা শন্দোক্লমই ইহান হানবদা দ্রুপদ নিংথৌ অমসুং বসুদেবদা পাউ তাক্লমী, নক্কবা শাগৈগী যেন্নবা দুর্যোধনদ পাউ থাবম্মী অমসুং মখৈগী ফংকম থোকপা সম্রাজ্যগী শরুক অনগৈ কপগী অমা অদু ফংহল্লো হায়না দাবী তৌবক্লমই।

দুর্যোধন্ন চহি তরাগুমদোই চুপ্পা পাণ্ডবকী লম পুম্বা দখন তৌদুনা লৈরকপনা মাগী অপাম্বা মিহৌবনা মরম ওইদুনা দাবী অদু যারনদে। চহি তরাহুমদোই লৈভাক্লুনা লৈরকপনা মাগী মবল-মথুম অমদি লাম্মী য়াম্না লৈরমই। অদুগা মাগীদা খবক তৌবা লান্দ য়াম্না হৈশিংবা ভীষ্ম দ্রোন, কৃপা অমসুং কর্ন-নচিংবা পুম্নমক মাগী য়ুমদা লৈবন দুর্যোধনা চাওথোক্লমই। অসিদসু নত্তনা পাণ্ডবশিংনা জয় তৌরম্বা লৈবাকশিং, টেন্নিটো-রিশিং থুঙং পুম্বা লোয়না দুর্যোধনগী লৈবাক ওইনা লৈখি। মরম অদুনা মাগী মীচং য়াম্না লৈখিবনা দুর্যোধন্না পাণ্ডবশিংবু উশিংলমদে অমসুং যুধিষ্ঠিরনা চুম্না শান্তি ওইনা তক্লকপা দাবী অদু দুর্যোধন্না মনাদা হাপখিদে। যুধিষ্ঠীরনা হায়খি "সম্রাজ্যগী শরুক তংখায় অমা নত্রবসু ইচিন ইনাও মঙাগী থুডং মঙাদ পীয়ু।" অদুম্না যুধিষ্ঠিরনা লাল্ল তৌনদুনা ইমু মাযমু তানবা পাযদবনা শান্তি ওইনা মখোয়গী লৈকুম মঙাদংদি পীবু হায়না দাবী তৌরমই। মতাং অসিদা ভীষ্মনা হায়খি—"দুর্যোধন !

পাণ্ডবশিংগা শীংনবা ফত্তে, ধর্ম্ম নত্তবা থবক তৌগনু মপা মপুগী লমনি মখোযগী শরুক লৈফম থোকই। মবম অহুনা মখোয়গী হায়া লৈত্তরম্বা কোনুং অমদি মরল-মথুম অহু ধর্ম্মগী মথক্তা অমুক হন্দোকপিখো। পাণ্ডবশিংগা শীংনব ফত্তে। নখোয় নচিন ননাও ঙাক্তনি। নখোয় মশেল ফুংশিননা লৈমিন্নবনা ফৈ।'

ভীষ্মগী ৱা অহু তারগা ওকচাও থেকপা দুর্যোধন্না হাযখি "ইথৌ! লান তৌদনদি হায়ক্নি অমদি হাযকন্নু যেতুম মনাদা পকপা লৈপাক ফাওবা পীবা ঙমলোয"

ভীষ্মনা হাযখি "দুর্যোধন পাণ্ডবশিংগ লান তৌনরবদি শাগৈ-নাত্তৈ, মরুপ মপাং অমদি কুরুগী বংশ পুম্বা লোয়না তুম্না নাংখিনি। পাণ্ডবশিদি লাইগী নচা ঙাক্তনি। মখোযদা লানবা তৌরগনু, অমহিকম্নুং অর্জ্জুনগা লাম্বা তৌনগদবা পৃথিবীদা কনাম্নু লৈত্তে, লাই ইন্দ্র ফাওবা অর্জ্জুনগা লানথেংনবদা মায়থিবা ফংখ্রিবনি। কান্নরোই মখোয়গী ফংফম থোকপা শরুক অহু হন্দোকপিখো।" তৌইঙম্নুং মমিং তাংবা মপা ধৃতরাষ্ট্রন্না মচাগী মতুংইনবা তাখি। মানা পাণ্ডবশিংগী ফনবা কবি অমত্তম্ন থল্লমদে। মরম অহুনা লাল তৌনবা তাখি অমম্নুং মাগী মাগী মীচং খোমগৎনবা হৌখিরমই। দুর্য্যোধন্না অনকপা অরান্নদা লৈবা মরী-মতাশিং, মরুপ-মপাংশিং অনৌবা খোমগৎপা লাম্মীশিং, লৈবাক লৈবাকী নিংথৌশিং লোয়না খোমগত্তুনা মাগী মীচং শেম্নমই। পাণ্ডবশিংগীদি মখোয়গী মীচং অহু য়াম্না নোপলন্মী। মখোয়না কন্দা ফুইনা লৈখিবনা মখোযগী মরী-মতা

খরা নত্তনদি অতোপ্পা কনাসু লৈখিদে। দুর্যোধনা মাগীদি মীচং অথোইবা য়াম্না লৈবনা মানা শোয়দনা জয় ওইরগনি খন্দুনা লৈখি অমসু পাণ্ডবশিং হাত্তোক্লগা নুংঙাইনা শান্তি ওইনা পাল্লগনি খন্দুনা হরাও নুংঙাইনা মকৈ নিক্কুনা লৈখি।

মাগী মাগী কাংলুপ, মীচং শেমগৎনব, লোইরবা মতুং অদুদা প্রিথিবীগী মন্নুংদা খ্বাইদগী হেন্না শিংলবা বাসুদেববু লালগী নার্জন তৌবা হানব তান্নরমই। পাণ্ডবকী লুচিংবা আর্জ্জুন অমসু কৌরবকী লুচিংবা দুমোধন মখোয় অনিমক মতম অমতদা পুংকম অমতদা বাসুদেববু লালগী বার্তন কৎননবা লাপ্লবা দ্বারিকা তাম্না চৎলম্মী।

বাসুদেবনা (কৃষ্ণনা) সুমিৎ য়ুংবা অতুরাইদা তুমহুনা পেংথাহুনা লৈবমই। কৃষ্ণনা মখোয় লাক্লে হায়বা খঙলহুনা মখোয় যৌবক্রিতৈদা মখোয়গী ফমফম হান্না শেমহুনা থমখি। মাহৌশানা দুর্যোধন হায়বা অসি নাপল চাওবা, অচাওরম কাবা মীনি খঙহুনা মান, শোয়দনা কন্নবা ম্নাগী চৌকি অমা লুথুমদা থারম্মী অদুগা থুয়াদা লৈমায়দা চফিচা ঝিদা অমা আর্জ্জুনগী ওইনবা অমসুং মমিৎ হেক পাংথোক্লপদা আর্জ্জুনগা উন্নবা লোংনা থারবা হিপ্পুনা নাখোক্কুনা তুমাশন্নবম্মী।

দুর্যোধন অমসুং আর্জ্জুন অনিমক চপ মান্নবা থুংলমই অমসুং কৃষ্ণনা তুমলিবা কা অদুদা চংখি বাসুদেবনা তুমহুনা লৈবনা মখোয়না হৌগৎলক্লিবা ফাওবা ওয়াহুবা লৈখিরমই। দুর্যোধনা সনাগী চৌকি অদুদা যমন্নমই। অদুগা আর্জ্জুনা

লৈমায়দা গলিচা কিদা অতুদা খুকখুদক কুন্দনা ঞোগংলকপ ভায়দুনা লৈখি ।

বাসুদেবনা লোংনা ফুক ঞোগংলগ অমঙ্ক্ষং আর্জ্জুনগ মনায় ওনশিল্লমই। আর্জ্জুনা বার্ত্তন কংলমই মথংদ দুর্যোধনমু বাক্তন পীরমই ।

বাসুদেবনা হায়খি—"ঐ ইথন্তন কবক্লা বাত্তন অনি লৌগনি ? ফরে, দুর্যোধন ! নঙগীদি লাম্মী কয়া শুরে ?"

দুর্যোধনা খুমখি—"লাম্মী অক্ষৌহিনী তবাগনিথোই শুরে।"

আর্জ্জুনদা অমুক হংখি "আর্জ্জুন নঙগীদি লাম্মী কয় শুজবে ?"

আর্জ্জুন—"লাম্মী অক্ষৌহিনী তারেং শুজবে "

বাসুদেব—"অদুদি দুর্যোধন ! নঙগী মীচংন পাণ্ডবকী মীচংদগী শরুক অনি-ফানিংচিং হেল্লিমনো। ফরে অদুদি নঙগী মীচংসু যাম্মীদনা, বার্ত্তনসু আর্জ্জুননা হানখ্রে ঐখী মিং অসিনা ছেক পাংথোক্লকপা, মচোন্দা হান্না মিংয়েং তাখ্রে ঐদি খুৎলাই পায়দুনা খ্যাল শোক্লবসু য়াওজরোই, অর্জ্জুনগী মীচং ওইবা তাবে। করিন হায়বনু মাগীদি মীচুংসু য় মজজে, বার্ত্তনসু মান হানখ্রে। শাউরসু শাউনসু দুর্যোধন ! হল্লো, হল্লো।"

শঙ

আর্জ্জুন মথরাই দুংওইনা হল্লমক অমসু বাসুদেবসু খাও-রবজি লাম্মী অমুক খোয়গংলুবগী কাক্লবা ; লৈত্রে অমুয় ওল্লদুনা শাম্মী খোমলকপা কেজুনা লানগীমক খেম শাবা হৌখি ।

## কুরুক্ষেত্রদা কৌরব অমসুং পাণ্ডব লান্থোকনবা

হস্তিনাপুরগী অরাং অমসুং মথাবোমদা পাক চাওনা শন্দোক্লিবা কুরুক্ষেত্র কৌবা লম্পাক অমা লৈবমই। লম্পাক অদু অসুক্কী মতিক চাওরম্মী, ওমথৈ অমদগী অমা ফাওবা উবা ফংলমদে। হায়রিবা লম্পাক অদুদা কৌরব অমসুং পাণ্ডব লান-থোকনখি। লাল অদুদা ভারতকী ক্ষেত্রিমচা পুম্নমক য়াওখি। কৌরবকী লান্মীশিংগী লাম্বল অদু অরাং অমসুং নোংচুপ ওইবপা শন্দোকখিরমই অদুগা পাণ্ডবকী লান্মীগী লাম্বলনা মথা অমসুং নোংপোক ওইরপা শন্দোক্লম্মী। নোংচুপ থংবা মাইকৈ অদুদি হাংনা, শাংনা, লুনা থম্লম্মী। কৌরবকী লান্মীশিং অদু পাক-চাওনা শন্দোকপনা লম্পাক অদু চোনবগুম উরমই। ময়ুংদ মাইল য়াংথৈ অমসুং মরাক্তা মাইল কুননি। পাণ্ডবকী লান্মীশিংগী লাম্বলদু হিরনভোতি কৌবা তুরেল মচা অমনা কোইশিল্লি। লান্মীশিং অদু কাংলুপ তরেং থোক্না শৈল্লম্মী। কাংলুপ খুদিংগী হুকুম পীবা, লান্থোং শিনবা অদু খুন্থইমল্লা ওয়রম্মী। অথোইবা লান্থোকনগদবা মীদি আর্জুন মথন্তা মত্তায়রম্মী। আর্জুনগী লালগী দোলাই অদু কৃষ্ণ নত্তুমা কনা অমতা থৌবিনবা লৈরমদে। মথম অদুনা কৃষ্ণনা আর্জুনগী শাথৌবা ওইবম্মী অমসুং মথোয় পুম্বা কৃষ্ণগী য়াথং লৌথুনা থবক পুম্নমক চংথরমই।

দুর্য্যোধন্না মশানা মশাবু থাজরমদে অমসুং মশানা মশাবু মশক থঙলমদে। মানা জয় তৌগনী অমসুং পাণ্ডবশিংবু তুম্না

হাংকনি হায়না পো'তুনা অহন ওইরবা ভীষ্ম দ্রোণ, কৃপাচার্য্য মখোয় পুম্নমক পৃথিবীগী মকোক ওইববা লাল হৈবা ঙাক্কনি, মখোযনা শোইদনা পাণ্ডবশিংবু হাংকনি হায়ন খল্লমই। তৌই-গুম্বস্নুং অহনশিং অর্জুনদি দুর্য্যোধনগী মরালন লাল তৌগদৌবিবানি খঙবনা কনানস্ম হৈনিংবা পে ক্লমদ অমস্নুং শান্তিগীদমক মতম পুম্নমক্তা খল্লমই। অমরোমদা অর্জ্জুনবু কল্লকপ কর্ণ মাগী মম শকুনি অমস্নু' দুঃশ শল্লচিংবা মনাওশিং অতুনদি লালগীদমক কল্ল তকশিল্লমই। মরম অতুনা অহনশিংনা খাম্বা অদু দুর্য্যোধন্না তমথিনা খল্লম্মী। মানা ভীষ্মবু লাম্মীশিংগী কনাদাব হুকুম পীব') হপলম্মী। অমস্নুং মাবু লাম্থোং শিলহল্লমই। ভীষ্মনদি দুর্য্যোধনগী ফনব পোইনা খল্লমদে।

মতৌ অস্নুম তৌনা শেম-শাবা লোয়ববা মতুং অতুদ দুর্য্যোধনা শগায় মথক্তা কাখত্তুনা ভীষ্মদা হংলকই- "ইবুধৌ পাণ্ডবশিংবু মাংহন্নবা থুৎলাই থাগদবা মতম কযা রাংলিবগে ?"

ভীষ্মনা নোক্তুনা হায়খি "নড্‌দি পাণ্ডবশিংগী মগুণ খঙ্‌ত্রি আর্জ্জুন হায়বসি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেনবা লাল হেবনি। মাগী মতিক মঙালনা লাই ফাওবা মাংথিবা ফঙ্গিবনি। ঐগী মতমদা ঐনা ওম্বা খরা তৌবা ঙমগনি। ঐদি অহন ওইবে, অতুনা লালফমদা আর্জ্জুনগা মঙ্গ্লেন্নবা ঙমলোই। অতুম্নদি ওইবগা পাণ্ডবশিংগী লাম্মী লিশিং তরা তবা নিতিগী হাংপা ঙমগনি। ঐনা শিখণ্ডিদ' কদৌউৈদস্নু থুৎলাই থাবা ঙম্লোই মরমদি ঐনা মাবু কুপীগুম উই।

দুর্যোধন্না ভীষ্মগী রাজৈশিং অদু তাবদা শোয়দনা লাল ঙমগনি খন্দুনা হবাওনা মফৈ নিক্তুনা লৈখিরমই। মানা লাল হৌবিরো লাল হৌবিবো হায়না লাওরম্মী।

মতৌ অমুম্মা কাংলুপ অনিমক লাল তৌনগদবগী শেমশাবা পুমলোই লোযদুনা কাপ্পগদবগী ঙায়দুনা লৈরবা মতম অদুদা পাণ্ডবশিংগী মাইকৈদা অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লম্মী। আর্জুন্না কৃষ্ণদা হায়খি -"ইতাও ! ঐ লাল পামজদ্রে, লাল তৌবা ঙমলরোই, অশুক য়াম্না ইপা, ইতোন, শংগৈ-নাতৈ, ইচিন ইনাও, মরুপ মপাং ময়াম অসিবু কররম্না খুৎলাই থাগদগে ? ঐহাক 'লাল তোক্লে অমুম হায়দুনা খুৎলাই থাদোক্তনা লেকথদুনা লৈখিরমই। কৃষ্ণনা হায়খি - "ইতাও। মসি ক্ষত্রিয়চাগী ধর্ম্মনি, লাল তৌগদবনি, করিস্সু চিংনরুদু। ঐনা মখোয পুম্নমক্কী মথরাই লোয়না চুপথোক্লবনি। নঙ, ঐবু থাজদ্রবরা? থজদ্রবদি য়েংউ, ইতাও," হায়দুনা 'বিশ্বভর' মূর্ত্তি পুথোক্তুনা ময়া হা হা কাবদুনা ময়া মমুংদা ভীষ্ম দ্রোন, দুর্যোধন, কর্ন, শকুনি অমসুং কুরুগী মী পুম্নমক শিদুনা লৈবা অদু উহল্লমই। আর্জ্জুন কিবনা থক থক নিক্তুনা হায়খি –"প্রভু! খঙজবে, ঐহাক কিবনা থক থক নিকলে হান্নগী মূত্তিদা অমুক হঙ্জিনবিরো।" মতৌ অমুমনা কৃষ্ণনা আর্জ্জুনগী থৌনা হাপকৎলমই।

"আর্জ্জুন্না খুৎলাই থাদোকখিবা উবদা যুধীষ্ঠিরনা লালগী সনানা ইরং লংলবা দোলাই অদুদগী চোংথরক্তুনা খুৎলাই থাদোক-তুনা লানকম ময়ায়দা লাকপা উবদা মী পুম্নমক ইঙক ঙক্তুনা

তুমিন তুমিন লৈনখি। মখোয়না থল্লমই মহুদি লাল তোক্লসি হায়রুনা সরেন্দর তৌবা লাক্লিবনি হায়না দুংশাসননচিংবনা লংনরমই। যুধীষ্ঠিরনা চুম্না থম্মোই শোক্ত সুংভাইত্রগুনা ভীষ্মনা কস্মান্দ তৌরিবা মাইকৈ অদোমদা চংশিনখবী। অমসুং হায়খি— "ও, ভীষ্ম! নহাক কুরু শাগৈগী পুকৌক নত্রা? করিগী ইপা ইত্তোক, ইচিন ইনাও পুন্নমকপু লাল তৌনইন্দুনা হাৎনইগদৌরিবনো? থাপ্পা যাত্রা? ঐখোয়দ পুন্নমকপু সুংশিজবনা খুদল ই পারজবা ওমজত্রে মসিবু ক্ষেত্রিগী থর্মরা? ঐখোয়না নত্তোন্দা খুংলাই থাগদৌরি। মহুদি ঐখোয়গী থম্মোইনা থাংবা ওমজরোই। নহাক্তি পুন্নমকী ইবুধৌনি। পুন্নমকপু থলবদা ঐখোয়দি খুংলাই থাবা ওমজরোইদৌরি। গুরু দ্রোনদা করম্না খুংলাই থাজগু না কাপকনি। মানা ঐখোইবু খুংলাই তম্বীরকপনি। নখোয় পুন্নমকী বর নত্তনাদি ঐখোয় খুংলাই পায়রবা ওমজত্রে।"

ভীষ্মনা য়ায়া সুংশিবগা লোইননা মোমোন নোক্তনা হায়খি—"কুরুগী নিংথোরেল, যুধীষ্ঠির! করি অমত্তা চিংনরুগনু। নত্তগী তোগদবা থবক অত্থু মপুং ফানা তৌ। ঐ অম'দ নখোয়গী গুরু দ্রোন করি অমত্তা থবক! মসি ক্ষেত্রি মচুগী তোগদবা ধর্ম নি। হন্দকী লাল অসি অমুক্তনা তমু ওইরমি। ঐনা বর পীতুনা হায়রিরা অসিনি। তোগদবা তৌকম খোকপা থবক্তা করি অমত্তা চিংনবা তৌগনু। নখোই নিংথিনা পাংথোক্তবা হোংনো।"

ভীষ্মগী য়াহৈ তাবদা যুধীষ্ঠিরনা য়ামনা নোমুক্তা সুংশিব অমসুং ইকায়খুম্নবা উত্তুনা ভীষ্মবু থুরুমলক্সী অত্থুদগী দ্রোনদা

ঐখিংদুনা দ্রোণনদু থুকমজখি, মথংদা কৃপাচার্য্যবু থুকমজবমলগা মখোযগী পাণ্ডবকী লানশং অদু তম্না চনখিবনী । যধীষ্ঠিরনা লানশং যৌবগা মাইকৈ অনিমক কাপ্পবা তৌখি ।

অতামবা নুমিৎ অদুদি গোইদোক্লা বেকোর্ড লৈরমদে । মরমদি মযাম মরং ৱবাং তৌবগা অর্জুন্না লান শাক্লন ভূমজ-রোই চাযতুনা থুংলাই থাদোক্লনা লৈকৈবগা গোইদোক্লা লানগী পুক্রিং চংলমদে । ভীষ্মনা মাগী ৱাশক কায়দনবা পাণ্ডবকী লান্মী লিশিং কয়া হাংখি । ভীষ্মগী শেম্বাং পাযবগুম কাপসকপা তেনশিং অদু ঙাকথোক্লবা খরা নখৈদি অর্জুননা হৈনিংদনা হোংনখি । মথন্নাই য়াওনা হোংনখিবদি নংলমদে । খল্লুবদা থম্মোইই শোক্লা থুংডাইখিদে । মমৈথংদা কৃষ্ণনা কন্না চাযমনবদগী মথংগী নুমিত্ত কন্না হোংনরগে হায়না ৱাশকখিবমই ।

মথংগী নুমিত্তদি অর্জুনগী থম্মোই অদু খরা নখৈদি কন খংলমই । কুরুগী নিংথৌমচাশিং অদু মাগী মমাংদা লেপ্লা চমলমদে ভীষ্ম, দ্রোণ ফাওবা থক থক নিল্লমই । নুমিৎ য়ুংবা মতুং অদুদি পাণ্ডবশিং অদু হেন্না হেন্না কনখংলম্মী । ভীষ্মনা মাগী কাংলুপকী লান্মীশিং অদু হন্দোক্লবা য়াথং পীরমই ।

তমনি শুবা নুমিৎকী লানফমদদি মতিক চাদ্ব শিংথানব য়াবা থৌদোক অমা থোকখী । নুমিৎ অদুগী অডুনবদ অর্জুন্না অকিবা ফংনা শোক্লবমই । কুরুগী লান্মীশিং অদু ভীষ্মগী য়াথং য়াওদনা হন্দোকখিরমই অমসুং মখেয় পুম্নমক জ্ঞান মাংতুনা চরাং নরমই । দুর্যোধননা থামগে কনগে নিংদুনা চেনশিল্লক্লমী ।

তাঙ্গা অদ্দা ভীষ্মন ভেল অমা দুর্যোধন্দা কাপ্লন্মী অংস্থং গাণ্ডী (কাব) মন্নংদা তুথখি মাগী শাথোব। অতুনা থুনমক পুথোকখিবমই। হুকুম যাওদন, লান্নীশিংনা হন্দোকখ্রবদা ভীষ্মগা আর্জ্জুনগা অঙকপা ফংনা শোক্সখি। দ্রোণনা মাগী মতেং পাংগে হাযতনা চংশিল্লকলন্মী মতুদা অবিবা ফলব ফল অমা তবমই। অজ্ঞন ওহবব। ভীষ্মনা তত্তুনা বাপশিল্লকপা তেন্ন অতেযা পুস্মং মমখিবমই। তৌইগুম্বস্নং ভীষ্মনদি আর্জ্জুনবু হৎকে নিংমদবনা নোমুনা তাকপগী মওংগুম কপশিল্লক্রন্মী। অর্জ্জুন্না শোক্রনবা খবা মধৈদি ডাকথোরবা হেৎনবস্ত অস্তুম অস্তুম মপুরি হস্তবমই অমস্তং শোস্তবমই। ভীষ্মনা অস্তুম ওস্তুম তমথবা হেনগৎলনই। আর্জ্জুন্না মথল্গা খল্লমই— মগদি ববি অমতা অচুস্বা তৌববোই, অবানবদা তেন্না শোস্তনবা লর্জ্জ লিবনি, হেন্না রানবনি, মমৈদা ঈ তানবনি। অস্তুম খল্লতুনা অপ্রক্তং কাপ্রয়গ তোক্রগে খল্লমই।

কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী মপুক্রিদা হঞ্জনবা অত্র খণ্ডলতুনা রথ নথক্কগী ফন চোংথবগা ভীষ্ম ওম্না ক্রেন কক্কুনা হৎলগে হাযনা চেনশিংখিবমই। মতো অত্তু ডবদা কাংলুপ অনিমক্তা ইঙক ঙক্কনা ভুমিন তুমিন্না লৈরমই। অর্জ্জুন্না চেনশিল্লক্রুনা খামবি অনস্তু নখোঙ পাযতুনা থুকংতুনা হাংজবি। ভগবস্তু খুল হ খাদোক্তুনা মথৎ লোমতুন খুকমল্লখিবমই। মবুধোবু মুংশিবগী মবমনা যাম্না অহেপ্পা নোপুকপা রাগৈনা "প্রভু হঞ্জিনবিবো, নুংলেই থাদোবগিনো, বথ মথক্তা লেংখৎপিবো হাম্না হকমজখিবমই

অহংগী মতুংদা অথৌবা অনি অতু অমুক হন্না লাল তৌনখি। অর্জুনন্না গাণ্ডীবা লীকং পাযথৎলম্মী অমস্তুং খুৎকাপ অমুক অমুক্তা তেন মন্ড' মণ্ডানা কে যনা কোযনা মৈ ফি ক্রি হৌতুনা অতিগাদ প ইংত্তুন নুমিৎকী' মণ্ডল থিংলমই অমস্তুং মমহল্লমই। কুরুগী লান্মীশি অতুন খিংবা ওমদ্রতুন' চনাংননা হন্দোকখি। মখোযনা চেল্লমদাইদা মখোয মশেল কুরুগী লান্মী শিংগী দোলাই লিশিং তবা শামু চাতরেং আর্জ্জুনন্না হাংলে হাযনা লাওবমই। নোংপোবলোমদগী লাকপা সাওডিবা অমস্তু মাল ভাশিং অতুন কন অমত মান্নবা ওমঙ্গবোই হাযনা লাওবমই। অস্থুম্না হুংনি চনবা নুমিৎ অতু লোইশিংখিবমই।

লাল অতুগী মবিনি চনবা, মঙানি চনবা, তককনি চনবা অমস্তুং তরেৎনি চনব নুমিংশিংদদি থোইদোক্লা শিংথানবা যাবা থৌদোকশিংগী লেকোড় লৈবমদে। অথৌবশিং অতুনা পাণ্ডবক মাযোক্লা খবা খবতমক হোৎনবম্মী: মবমদি কুরুশিং অতুনা আর্জ্জুনগী তেনগী মাযোক্ত। অমদি ভীমগী থৌনা অমস্তুং অক্নিবগী শক ওইববা মপঙ্গল অতুগী মাযোক্ত থাংবা ওম্লমদে। ভীষ্মা মযাম্না য নবা মণ্ডদা ইচম চম্না তেন্না লাল শোক্লবম্মী তেইগুম্বস্তুং লানফমদা ইবাংং হৌনা খৎনবক্লবা অমস্তুং মানা অকনবা লাল শ কুনিংলদি গাণ্ডদগী চোংথতুনা মথৱ ই নুংঙাইনা মথুম্ভা গদা পাযতুনা তম্লতনা শিনবা ফুদৎলম্মী, শংমু শগোলশি, লাংগী দোল ইশিং লোযনা তফং অফংবা হাত্তোকই অমস্তুং থুগাইতুনা মংহল্লি হিংচাবা অমগী থুযাদা চৎপা ককচেগুন মানা কৌরবশিংবু হাংপদা খল্লমই।

মতৌ অম্বুয়া নিপান্নি চনবা মুমিত্তা ধৃতরাষ্ট্রগী নচা দর্জন অমা ভীষ্মা গদানা থেম থোমদুনা হাংলমই। তৌইগুম্বসুং দুর্য্যোধনতদি থরা শাংনা খা'বা ঙমখি। ভীষ্মা শাউবনা মৈ তৌরদুনা মবুধৌ ভীষ্মদা চেনশিল্লনই অমসুং পাণ্ডবশিংবু কয়িগী তোখায় তাহল্লিবনো হায়না য়াকংলমই। অহম অদুনা ঙনতৈনব' য়াখল অমদা মথংগী মুমিত্তা মানা ঙম্বা শক্তিংখৈ উত্তুনা পাণ্ডবশিং অদুগা অণ্ডকপা ফংনা লাম্লেংনখি।

অম্বুয়া মাপন্নি চনবা মুমিত্তা ভীষ্মগা আর্জ্জুনগা অণ্ডকপা ফংনা লাম্লেংনখি। ভীষ্মনা অংংপা লৈতনা, অরেপ্পা নাইদনা মথং মথং, মরিমরি নোং চুবগুম তেন কাপশিল্লক্লগী। অর্জ্জুনদি পুক্লিং তপথনা ঙাকথোক্লবা, মশা কল্লবতা মতৌরমই। কৃষ্ণনা দোলাই অদু য়ৈদুনা কুইনা শাংনা খাংবা ঙমদ্রে। থুংলাই পায়রোই য়াশকপা অদু পায়দবা ঙমদরোই হায়দুনা রথ মথক্তগী চক্র পায়দুনা ফন চোংথখিরমই। আর্জ্জুনদি য়ারমদে; অদুবু মহাক শাংথনা ঙাকুনা লৈবা তৌররোই। খাংবা ঙমদবা মথৈ লাম্লেংনবা অদু শাংথবা ঙমলরোই হায়রক্লবদা আর্জ্জুনা কৃষ্ণবু রথ মথক্তা কাখৎপিরো, খাংবা ঙমদনবা লাম্লেংনবা অদু উহঙ্গরগে হায়দুনা থেমজিল্লমই। তৌইগুম্বসুং মুমিং অদু কৌরবশিংগী অরাবা তারবদুদা লাম্মীশিং অদু হন্দোকখিরম্বনা লালশং অদু হাংলমই। মরম অদুনা মুমিং অদুগী লানফম অদু চনৈননা অদুম লোয়্যশিনখিরমই।

মথংগী তরানিথ্রি চনবা মুমিং অদুদি থাওমৈনা মুংলমদাইদা অমুক্তং ঙাল্লম্বগুম তৌখিরমই। পাণ্ডবকী লাম্মীশিং অদু ফজনা